## শক্তম লাংখিবা এমঃ ডিঃ ইউঃ গী আর্টিষ্টসিং

**নুপাঃ—**

১। কদেং থাংজহনবা — ১। চান্দম গোপাল সিংহ

২। কদাং ঙাকুংহনবা — ১। এলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ
— ২। „ মণিলাল সিংহ

৩। লাইজিংলাকপা — ১। মাইবম রামচরন সিংহ
— ২। চন্দ্র সিংহ

৪। ওকচিল্লাকপা — ১। নিংথৌজম তোম্বী সিংহ

৫। তোলোমখোম্বা — ১। চন্দ্র সিংহ
— ২। খাইদেম বিহারী সিংহ

৬। মোইরাং নিংথৌ — ১। খাইদেম দেবেন সিংহ
— ২। নীলমনি শর্ম্মা

৭। অমাইবা — ১। ঘনশ্যাম শর্ম্মা

৮। কৈস্নুম শঙলেন হঞবা — ইবোহল, তোম্বা অসিনচিংবা




১। [illegible]জংলেম্বী — ১। থম্বালঙৌবীমচা দেবী
— ২। তোন্দোন দেবী
— ৩। ইবেয়াইমা দেবী

২। থোইনু — ১। তোম্বী দেবী
— ২। অরুনা দেবী
— ৩। ইবেয়াইমা দেবী

৩। লাইজিংলাকপী — ১। গৌরমনি দেবী
— ২। মানবী দেবী

অইবা মশানা কোঙ্জবা—৪সুবা খুৎনম জানুয়ারী, ১৯৯৪
ছাপা নম্ফম্ ঃ— সোল প্রেস, শিংজমৈ, ওক্রম লৈকায়, ইম্ফাল।

# তোনু-লাইজিং-লেম্বী

## অহানবা মতাং

### অহানবা উৎপা

**পুখ্রি মপাল লৈকোল** **মতম—নুমিদাং**

(লৈ-সু নিংথিনা শাংপা পুখ্রি মপালগী লৈকোন্দা খাবা শম্বলদা য়েংতুনা শাংপা লৈরাংদা খোইমুনা ঙংলদুনা লৈহি চুপলিবদু য়েংলগা তোনু লাইজিংলেম্বী রাখলগী ইপাক্তা তাউদুনা অঙাওবীগী মতৌগুম মতোমদা মুকুম মুকুম শোল্লি, মখায় নুংঙাইদুনা নোকচৈ)

তোনু—(মতোমদা শোনজবা) ঙসি ঐগী খোমলেন মঙলানচান অদুবু মঙগ্রেম্নববু ওইগন্রা? শরিসো, খোমলেন মঙলানচান্দা নুংশি মিৎয়েং মিৎচাম্নখিবা তমব মহাকপু কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লৈরমগদ্রা? পাখং মানা মিৎচিনা হাইফেৎ হাইফেৎ য়েং, তুম্বক তুম্বক চিঙ্গোয়নরম্বদো খোম্লেন মঙলানচাননি খঙনা পাযমা নুংদা কাউগে সুকঙম হেক ঙমদেদা। চিংঙু থাংজীং কোরেল্লাই, পালোই তাবা লাইনিংথৌ! খোয়ুম নঙনা কুবিদুনা তাইবং মালং পানসিদা পাখং মাগা অপাম নুংশি রায়থুংনজগে। (হায়না মখুৎ লোম্নদুনা খুরুম্মী। লৈ অমা হেক্লগা মনম নমদুনা ঈশৈ শকই)।

লৈবাং নঙনা শাংচবা
খোইমু মাগীবু নত্তববা
খোইমু নঙনা ঙংজবা
শিঙেল মস্থং লাংগীনি।
মজা মংলানচান্দা উজবা
মঙগ্রেম হাগ্রেম্নহুনবিগন্‌
লৈপুল খয়োম শেম্বদা
লৈরাং লৈচা শেংপিগন্‌,
চিংঙু লংলা পাদম্বদা
লংলা পরৈ তংহনবিগন্‌,
পুন্সি খোঙলোয় ঙুইজবা,
থাংজীং নঙনা কুবিয়ু।

(থোইনু লুম্বহুনু ঈশৈ তাই। ঈশৈ শক্লপা হেক লোইবগা থোইনুনা করেম্নহুনা ঈশৈ শকুই, তোন্নুম্না শকহুননিংদহুম্না খানগে হোৎনবদা খাম্বা ঙমদে)

থোইনু— ম্রিংনা শাবা শংরাক্রিবু
ন্নাম্না হ্লাঙনা শাদেদো
চিংঙুনা শেম্না খুংশেমম্নু
মাপ্লো রাংনা শেমদেদো
লৈরাংনা ফুগ্লায়না শাংম্নকুপা ঈয়োইনা
মালং মানা পাঙথানা

শিঙেল পায়মা খোয়দাবা
ঙংলগনি খোইমু লৈপাম্বদো।

খোইনু— কায়বা য়াদ্রবা চিংঙু থুংশেমনি, করিগী অদুক নুজা পায়মা খোয়রাংলুরিবনো?

তোম্নু - খোইনু! কম্বিনোনে পায়মা নুংসে ওম্বোক্লা খোয়বাং লিলাংখ্রেদা।

খোইনু— থুমাং খোংলু চামারক অরা অনা চাউগনু।
পায়মা শিল্লে লোম্ববু পায়বা নুংদা থমগনু।
খাঙবদা মকল্লু মিঙোল নশরুক লাকখিনিয়ে।

তোম্নু — পাশাংবী মঙবু ঐগী য়াম্নাসি অমুক্তদি তাখো।
উনবি পুক্লিংসে তয়াং তশোইরে হাইমি।

খোইনু— নিঙোল পায়মা নুংগী রাখলদি খঙদবনা নতেং পাংসি পাংঙমন্দ্রে. পায়মা থুপচান্নবিগনু।
পাম্মু কনাগী মপাউনা নুংশি কনাগী চেংলোম্না মিঙোল পুক্লিং তয়াং তশোইম্নিবনো?

তোম্নু — খোইনু! ওম্বোক্লা খৈনা নুংশিশ্রে হাইমি।
কাউগে হোংমৈ কাউবা সুকুম ঙমদে। মাঙদা চপ চপ লেপ্লরে। তুম্বক তুম্বক চিঙোয়নরম্বদো কাউবা ঙমদ্রে হাইমি!

খোইনু— ঐখোয়গী ইবেম্মসে কম্বিনোনে, পায়মা ভাউবু কাউবরা? ইবেম্মগা চিঙোয়নখিবা তমবদুবু কেগে য়ুম্নাকচা করিনো মোইরাং অঙম্বা কনাগী মপারিনো?

তোম্বু — করিনোনে পাজোম্বীসিবু। মতু খঙলবদি ককিগী পায়মা খোয়রাংজরুগবনো ?

থোইবু — কেগে যুম্নাকচা খঙত্রবম্ভু কোলোয় মিংলেন্দি খঙঙিনিদ্রা ?

তোম্বু — খঙদে হায়মি।

থোইবু — (ইঙক ঙক্লুনা) হাইমা করিনো চিঙ্গোয়নবিবিবা য়ারাসিবো, ঙকচরেদা শবিসো ঐদি। অতুক কুইনা মুংশি মিংয়েং মিংচাম্নগ্রগা তমব মাবু কবিগী কোলোয় মিংলেন খঙবিহৌত্রিবনো ?

তোম্বু — তাইবং মালং য়ারা নত্তে, খোমলেন মঙলানচানগী য়ারানি হাইমি।

থোইবু — ( মতোম্‌দা ইশি শিনা তোক্লুনা ) করিনোনে ঐখোয়গী ইবেম্মসিবো ? খোমলেন মঙলানচানগী য়ারাবু রাচাম্নতুনা পায়মা খোয়রালবা অতুননি তাইবং মালংদা উরবদি নিঙোল নগাই থাতুনা লৈকায় পনব ন লাল্লনিয়ে।

(হায়না মরেংবান্দা খুবাক্লা থাই মখোয় অনি নোকমিনৈ)

---

# অনিশুবা উৎপা

**লম্মী** **মতম মুংথিল**

( কদেং থাংজহনবা, কদাং শেলুংবা রারী শাতুনা লাকই )

কদেং— পাথৌ ইবুঙো ! মুংশিবনা খোঙাই হান শকখঙবনা তুংওইহৌই পায়মা খোয়দাকম খঙত্রে। ইবেম্মা অয়াং লৈমাগী রালোং কবোক পোকলিবী মুবা মাগী চেংলৌ শক্তম উবদা পাখং থনুং মুঙোম্না হায়নিং রানা ফিরোমশা হায়দোকপদি ঙমখিদে।

কদাং— পাথৌ ইবুঙো ! লৈরাং লৈকা কল্লগা খোইমু শঙ্গু ইনবনি, হৈরাং চবোং চুম্লগা খোইয়াম ইনবা মশিননি। লৈরাং শক্লা হেল্লগা শিঙেল রাথোক ওইনৈদা, খোইয়াম য়াব্রা খোলকমদা শিঙেল রাথোক ওইতুনং তোকনি. পায়মা খোয়দাবিরুনুনে পাথৌ।

কদেং - নিঙোল মশুংলাংগীদমক কেগে রাথোক ওইরবসু পাখং শয়েং পাশবু তিংলমগে। নুরা মাগীদমক্তা চায়না খোংকেম্না মরোং চুংফুংনা খোকলাং পামশিংনবা পায়মা নুংদা চিংনজদে।

কদাং— অপাম মুংশি পনদোংলিং থংলেন তাউজিং য়ানবনি। হৈরাং মাবু চাহুনা পাখং পুকমু থলহৌদা তাউজিং

য়াবু কুমগত্রা? মুংশিরগা মরোইম্বে পায়মা করি রাখলনো অপাম্বনা মরুমে করম্না অম্বেপ্পা শম্নি ওইগনি, পায়মা রাখল তৌবিয়ুদা পাথৌ।

কদেং— চিঙ্গোয়নবিবা য়ারা পৃম্বা অম্বেপ্পনি খনজেদো পাথৌ। অদুবু চিংঙ্ নোংদমখোল য়েংনবা নুরা মপাউ হংগে পায়মা নুংদা খনজরে। তুংলমচৎকী য়ারাদি চিংঙ্ মাতনা খঙবিবনি, নমু তাইবং ঐখোয়না করিবু খঙগনি। (মতমসিদা তোন্নু থোইম্নু লাকপা উবদা) চিঙ্গোয়নম্বিভৈ কেগে সোরোক য়াংবিথক নুরা খোঙ্-কাপ তমলক্লে। পাথৌনা মুংশিবিরবদি নুরাগী মপাউ অমুক্তা হংবিয়ুগবা।

কদাং— ইকায়থিবী নুরা ওইবীনা ঐ য়াওই খন্দুনা চিঙ্গোয় পাউখুমলক্কবা য়াই। অদুনা ঐহাক কোইদিং মরকসিদা রাংলেন ঙাহাক নাথুপচগে। পাথৌনা নুরা কোলোয় হংবিহৌ কেগে লৈকায় খঙবিহৌ। নুরাশিংসি য়ৌশিল্লক্লে, পাখং শিন্থা পাংথোকউকো।

(হায়রম্নগা কদাং লোংখি। কদেংনা পাথৌ হায়না কৌহুনা তান্নগে তৌবদা তোন্নু থোইম্নু চঙলকই)

থোইম্নু— (কদেং উবদা ঙক্কুনা) হাইমা! ইবেম্মা অয়াং লৈমগী রালোং; কবোক পোকল্লিভৈদা থেংনখিবা খোমলেন মঙলানচান্দ্রা উখিবা মিংতা নাত্তা নুংশি ইবেম্মনা ঙসাই চিঙ্গোয়নখিবা পাখংহু অমুক লৈরম্লে।

( তোম্বুনা য়েংথোকখিবদা কদেং উবদা লুক্নুনা "হা ইমা" হায়দোকখি। তোম্বু কদেং অনি মমিৎ চান্নৈ ইকায়নহুনা লুকথনৈ। মহু উবদা থোইনুনা কদেংদা অমুক য়েং তোন্দা অমুক য়েংলগা করেমনহুনা )

থোইনু— হাদা লৈরাং শকহেলন্নু শিঙেল মায়থোং লুরুক্না মিৎচিগী তেলনা তেলকাপ্পা তেঙ্গা থোংবা হৈবিন্নু মালং মানা মতেঙপাং পানগদবা চেক্লাদদি পান্দা পাব্রহৈদবা উন্নাংদা পান্দুনা চেক্লা মাবুস্নু ফাহৌদা লৈরাং মায়থোং শুকলকপা মনাই থোইনু য়েংবা ঙমজরোইয়ে।

তোম্বু— ( ইকায়বা উৎতুনা ) ঈপাল থাগী ঈচেলনা চাংজৌ মাপা য়েংবগুম নুংশি লাইজ ঈচেলস্নু পাস্নু চাংজৌ মাপালাং নুংশি ঈপাক্তা তিনজবা চিংঙু থাংজীংনা কুবিসন্নু।

( কদেংনা পাউথুম পীবা ঙমদনা মরু লুক্নুনা লৈবহু উবদা কদাং লুপ্নুবদগী থোরক্লগা )

কদাং— কোয়ৌ মৈশা লাংবনা রাংবল মৈচাক ফগুবদা ঈথৌ লাংলবা চেক্লানি। নুংশি লাইজ ঈহৌরকপা চেক্লা মাগী মশরুকওই থবোম থম্না থকচবা চিংঙু থাংজীংনা কুবিসন্নু। ( কদাংগী রাহু তাবদা হুন্নাওহুনা কদেংনা "পাথৌ" কৌয়গা কোল্লি। মহু উবদা তোম্বু থোইনু ইকায়হুনা মমায় ওনশিন্নৈ )।

খোইম্বু—ঈখৌ লাংজবা চেক্লাও। মুংশি লাইজ ঈচেলবু খৌরাংঙি খয়োংনগে খল্লবদি মুংশি লাইজ ঈহানদনা তোক্কনি পায়মা ব্রাখল তৌবিয়ো।

কদেং— (ইকায়বা উংতুনা হৈপাল মানা হৈরেপফা তাউজিং চবোং চুম্বিবা, লৈপাল মানা লৈরেপফা শিঙেল লৈশাং তম্বিবা চিংঙু থাংজীংনা কুবিসনু (কদেংগী ব্রাবু তাবদা তোম্বু হন্নাওহুনা খোইম্বুবু কোল্লি)।

কদাং— শিঙেল লৈগী লৈনমবু মালং মুংশিং মানা লৈরাং মাগী মতেং-ওই, খোইমু কাদা তাক্লবা লৈরাং শাংকমদি খঙজদা ককঙাউনবা খোইমুনা য়াংদৌ লম্মুক্লববু চিংঙু কনাগী থুজিমনা খোঙ্কম কক্সগী নোংদমনা লৈবাং শাংকম খঙগবা।

খোইম্বু - লৈহি কাদা মীহৌবা চীংজাউ খোইমু লৈপাম্বও! লৈরাং লৈখোং থিবনা খোইমু নথৌ ওইবনি। পায়মা খুন্নৌ চেনবিগনু, খোইমু নকাদা লৈবাং শাংকম তাকচরমগে। (তোম্বুনা শাউশিন্ননা শাম্বা শাশিন্নহুদা খোইম্বুগী মফি পায়হুনা য়াম্নৈ) লাইজিংলাকপগী লৈকোন্দা তোমশাংনবী লৈরাংনি। লৈরাং কোলোয় মিংলেম্না তোম্বু লাইজীং লেম্বী কৌইদো। য়ুমথংনবা ইচেম ইনেমদা প্লাউথংবিরকউ, পাখং নঙেঙ পাংজগে। (তোম্বুনা ইকায়দুনা খোইম্বুবু চিংহুনা পুখি)

কদাং – চিংঙ্, নোংদমখোল লাকলে, লৈরাং শাংকম খঙলে, শিঙেল লৈখোং তম্লসি ( হায়না কদেংগী মখুং পায়দুনা চিংই )

কদেং – ( চংখিবা, মায়কৈদা য়েংলগা ) লাইজিংলাকপগী মমোমলোই নুরা কোলোয় মিংলেম্না তোম্বু লাইজিং লেম্বী।

কদাং – ইহে, অঙাও তুরে চল্লেদনা। ( নোক্লুনা মতাওবু কোল্লি )

---

# অহুমশুবা উৎপা

## লাইজিংলাকপগী মাঙ্গোল　　মতম নুংথিল

( লাইজিংলাকপা লাইজিংলাকপী মঙ্গোন্দা রাম্মী শাই )

লাইজিংলাকপা – চহী কুমজা কয়া চুপ্পা চিংঙ্ খুয়া খাদা হৈশিং চামা লৈশিং চামা কংতুনা পারি ইমোম পোক্কে নিজবা চিংঙ্ মানা কুবিহনা পারি শরা পীবিম্বা ইমোম লাইজিং লেম্বী অসি কুমসি কুমজাগী চিংঙ্ থাংজীং হরাওবা মথোই কারদা কেগে অঙম্বা কনাগী মপাম্নি মোইরাং অথোৈবা কনাগী মমোমগা লাম্বা পাদুনা চিংঙ্ থাংজীং লাইমাঙদা জগোয়

খুৎথেক কৎলগবা? কন্বিগুম্বা ইমোম্না জগোয় খোংলৈ অমা শোয়খিবদা লাইজিংলাকপা তাংজ মায়রুরবা ইকায় চরৈনবশিদো। ঙসি কোরৌ নোংদগী ইমোম জগোয় তম্বিগে।

লাইজিংলাকপী – নিঙোললাকপা মন্নানয়াই কোরৌশিংবুম খুদিংগী খোয়নৌ মতাশিংগা লোয়ননা জগোই খুৎথেক তম্বা চৎলিবনি।

লাকপা – ঙসি কোরৌ নোংদগী ইমোমগী জগোয় শাথেক য়েংশিনগে। কেগে লৈবাক মীমাঙদা লাইজিংলাকপা ঐ চোপফদে। ইমোন কৈদা খোঙশানখি।

লাকপী—কুমসি কুমজাগী ইবেম্মা অয়াং লৈমগী ন্নালোং কবোক পোকপদু কেগে খোইন্নাংবম লৈকায়দা লৈন্নং মাপল শেন্নগা খুন্থক খুনখাগী চম্নু নিঙোল কেগে ঙাঙোই পাখংশিংগা লোয়ননা ন্নালোং, কবোক পোকনি মপুগী সনা য়াথং পাউজেল ফংবদা ইমোম লাংলেনগা থোইন্নু মপু মনাই অয়ুকী তরা চাকঙল চান্নগা খোঙশানখি। কোন্নৌ ন্নাংলেন ন্নায়ন্নকলে, ইন্নানয়াইদা হন্নক্লগনি।

লাকপা – ইমোন্না হন্নক্লগা মমা নঙমা থেমচুনা নৌচুনা জগোয় খুৎথেক খোঙথাং মিৎয়েং মায়েং কুপ্না তম্বিপদবনি। কেগে লৈবাক মীমাঙদা ইমোম চোপফদে।

( তোন্নু থোইন্নু অনিনা হঁয়াওনা চঙলকপা উবদা )

ইপাগী লাংলেন চরৈন্নু, ইমোম মখোয় হন্নক্লবা?

তোম্বু—ইপা ইবুঙো। ( ইমুংদা চঙগে ভৌই )

লাকপা—ঙাইখো ইমোম! লোইজা নিঙোললাকপনা জগোয় খুংথেক তম্বিবদি জগোয় খোঙলৈ খুংথেক শুনা খঙলব্রা?

তোম্বু—খঙজরে অপোকপা।

লাকপা—ঙসিদি ইমোমগী জগোয় ইপা য়েংগে। চিংঙু থাংজীং লাইমাওদা কেগে লৈময়োল তরেৎ খোয়মা লেংমান্নবী নতাশিংগা লোয়ননা কেগে ফম্নাইবা ফমদৌ নিংথৌ হুমফুমরি তিনবা নিংথৌ সনা মাওদা মানা কৈদা হেনগনি ঐনা কৈদা ব্রাংকনি তান্নহুনা শাগদৌন্নিবা জগোয়নিদো ইমোম। ঙসিদি ইপাগী মাওদা জগোয় শারো লাউ ইপা য়েংগে। ( তোম্বু থোইন্বু ইকায়হুনা ইন্নবা )

লাকপা ইমোম করিগী ইকায় চরৈনন্নি। অশোয় কোঙ্গায় ইমানা তাকনি। ইয়ানলুংদা চঙহুনা চরৈ ফিজোন হোংলুরো। ( তোন্বু থোইন্বু ইমুংদা চঙখিহুনা মফি ময়োল শেংল্লগা জগোয় শাবা থোরকই )

লাকপা—ইমোম জগোয় শায়ো, ইপা হোই লাউগে।

( তোন্বু থোইন্বু অনিন্না ঈশৈ শক্লা শক্লা জগোয় শাই )

তোন্—

চিংঙু থাজীং কোরেল্লাই
খোয়ুম লাইও নোংদম্বা
নিঙোল লাইবক চাউবীনা
চিংঙু লাইমাঙ অসিদা
জগোয় খুৎথেক বচ্চবা
অয়োল অন্নাম ঙাকপিয়ু।
নিঙোল ওইবী ঐখোয়না
চিংঙু খুয়াদা নিজবা
খোয়ুম নওনা কুবিয়ু
শিঙেল লৈচল লাংথুনা
হৈরাং হৈচল হেক্কুনা
চিংঙু খুয়াদা কংচগে
পলেম পম্থৌ অনিগী
পুন্সি তোলোই নুংশাংবা
নোংদম্বা নওনা কুবিয়ু।
( খুরুম্নগা জগোই শাই )

লাকপা— হোই হোই শাগৎসি শায়া শাগৎসি। চিংঙু কোলোয় অহেনবা খোয়ুম মঙাল নাইববু শৈশক্না ইপানা হোইবু লাউরগা শায়া শাগৎসি। খোঙগা খুৎকা চান্নসি, মিৎলৈ নারৈ মান্নসি, শায়া শাগৎসি।

# মরিশুবা উৎপা

**লম্বী**      **মতম — মুংথিল**

*

( কদেং থাংজহনবা কদাং শেলুংবা রারী শাহনা লাকই )

কদেং — পাথৌ ইবুঙো! নিঙোলগী পায়মা মুংগী রাখলদু মুংগাই লাইজ ঈচেলগুম ঈচেল কাংলমগত্রা খল্লুবদা রাখল লম্মুক্লুরকলে।

কদাং — পাথৌ কদেং অথৌবা! মাঙলমচংতা কদাং ঐনা চিঙোয়নখিবা য়ারাদু অয়েপ্পা ওইরে। মুরাগী চেংলৌ শক্তমদি উরু, মুংশি মপাউদি তারু, পায়মা মুংগী অয়েপ্পা য়ারাদি কংদ, উনবি পুক্রিং লাংতক্লবদা পাখং পোথাকম খঙলরোই। অচৌবা লাইজ ঈরেল ঈপাক্তা মালং মুংশিংনা পুবা, হিরেনগুম মুংশি মাগী ঈপাক্তা পাখং উনবি হিরেনবু হিমায় চুম্বা ঙমত্রবরা?

কদাং - পাথৌ ইবুঙো মুংশিবা! চিঙোয়নখিরিবা য়ারাদু অয়েপ্পনি। মুরা মাগী মুংশি রাখলনা উইরবা থৌরি ওই পাখং উনবি হিরেনবু তংতনা হিরি চিংলকলে, শামা পাঙল থোক্তরে।

কদাং নুংশি মাগী রাখলনা পায়মা খাম্বী মৈরায়নবদি নুংশি মাগী ঈংলবা য়ারা মপাউতনা নোংমদোল লাইজ লিক্লাগুম নুংশি খাম্বী মৈমুৎকদবনিনে পাখৌ। পাখংগী পায়মা নুংদা খাম্বী মৈথু থোক্তনা নুংশি খাম্বী ওম-চাক্লবনদি কান্নরোই। নুরা মাগা মায়োক্লা চেন্না চাগুম চিনদিন্না পোম্বী চাগুম চিল্লোক্লা নিঙোলগী অরেপ্পা য়ারা মপাউ তাবনা পাখং নথৌদাং ওইবিয়ু। নতেঙ পাংবা য়াবা রাংলেন্দা পাখৌ নতেঙ পাংজগে।

কদেং—পাখৌ য়ারা তাবদা কদেং পায়মা পেনজরে। নুরা মাগী মগাইদা খোঙশান্দুনা নুরা মাগা মায়োক্লনা নুংশি রাশক তেমশিংনরুগে থিংলৌ নীংবা থুংনবা।

কদাং—মানি পাখৌ ইবুঙো! নৌজবী উরিনা অনকপা পামেলদা কায়দোংফম ওইবগুম নুরা নাক্তা নক্লবতদা পাখং নকা নক্লকনি। অদুদি পাখৌস্থু নুরা মগাই তম্না খোঙকাপ নাওরৈ থাংবিরো। ঐদি লমলেন সিদা লৈহৌরগে।

কদেং—লৈহৌবিরো পাখৌ! (হায়না অতোপ অতোপ্পা মায়কৈদা চৎনখি)

---

# মঙাশুবা উংপা

পুখ্রি মপালগী লৈকোল          মতম—মুমিংদাংবাইরম

( তোনুনা অশাংপা লৈ অমা হেক্রগা লৈদু যেংদুনা নুংঙাইবা রাখন্দা ঈশৈ শকই )

পাম্মু কোলোয় নুংশিবা
নুংশি য়ারা নংঙোনবা
নুজা থম্মোয থুখিবা
থংলেন কবম খাওগনি।
মাঞ্জ নঙবু পাম্মুবা
পাযমা নুংগী লোয়ুম্বা
নুংশি নঙবু মাঙদ থা
পাম্মু নতুং ইনজগেকো।

( কদেং লোন্না ঈশৈ তাই। ঈশৈ লোইরগা চঙশিল্লক-
তুনা মায়োক্লবদা তোনু ইকায়বা উংলি )

কদেং—চিনবাম্বোংগী য়ারাদি পাখং পুক্লিং তাজৈদো।
পায়মা নুংগী রাখলদি চিংঙু মানা খঙলিনি।

তোনু—চিনবাম্বোংগী য়ারাবুদি পায়মা নুংগী রাখলনা হেনজৈদো। চাকলিবা খাম্বী মৈবু চরৈ যিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াবরা ?

কদেং— নমু তাইবং খোঙচৎপু তাইবং কনানা খঙগনি। রাগনি খঙনা নুংশিরুবা নুংশিরুবনা পামমুবা। তাবু নুংদা থম্বা শেৎলোইদবা চবৈনা-শেং শেৎকদবা চবৈনদি থুপচান্নহুনা থম্বগুম ন‌ুংশি পায়মা রাখলনি খুপচান্নহুনা থম্বিগনুকো।

তোম্নু—লমলেন তোরবুং লমজাউদা চাকপা খাম্বী মৈদি খাম্বী মৈবি উত্রবস্নু শেম্বি তাঙোইনা তোরবুং খাম্বী মৈহোবে মখংঙি। নিঙোল পায়মা নুংদা চাকপা নুংশি খাম্বী মৈচাক্তি থংলেন কনানা খঙবিগদগে?

কদেং—থোংনা নৌবা নুরাগী লৈয়েংনি মতাগুম য়ারা চিঙোয়-নবিগনুদা।

তোম্নু—তাংজা লিনতনা মরৈ অনি লোঙবনি, চীংগী লাইজ ঈচেলতনবু ঈচেল কাংনা চেনবনি।

কদেং— কোরৌ মোংখোং কল্লগা মালেম শন্না চুগনি করম্না লেপ্পা ঙমগনি।

তোম্নু—কোরৌ নোংমদোল থক্তা খোংলিব নোংনা মালেম লৈদা তারগা কল্লি কন্দে খঙবিগদবা লৈরেদনা।

কদেং—কোরৌ নোংমদোল থক্তগী তারকপা নোংনা মালেম শন্না খিকলক্লবদা লেমলৈ ঈনৌ পাম্বা ঙারা লাইজ ঈকারকপা লমলেন লান্নুং ঙম্বা শোইদ্রা লেমলৈ লুজাউ থুম্নমহুনা লুগী পনখোং খাদা লিংসি লিংঙমদা

কদেং লূ্ী পনবাল লান্না চোংসি চোংঙমদ লেমসৈ ঙানা চোংবগুম নুংশি পম্বুংফম য়োদ্রিবৈ কায়না মৈশা লাংহুনা কেগে য়াথোকপু ওইবগদ্রা খনজেদো।

তোন্ব—তুংলমচংকী যারাদি চিংঙু্না কবি তম্বিবগবা? ন্বাগী পায়মা ন্বুংদা য়াংলেন খুদিংগী খনজবদি চিংঙু লাইথোং খুদিংদা হৈরাং লৈবাং কংমিন্না লৈপুল খয়োম শেন্নবা চিংঙু খুয়াদা নিজবা ন্বুরা শিন্থা ওইজগে।

কদেং—লৈপুল খয়োম শেন্নবা লৈবাং লৈচল থিবহ্ন পাংং শিন্থা ওইজগে। লুমহনা তারম্বা থে ইম্বু থোক্লগা থুল্লং শৈশক্তা ঈশৈ শল্লকই)

হৈয়েল লৌদা লাংথাকপা
মরিংগী লৌদা লাংকাইবা
নিঙোলনা থাকপা লাংদা
হা থংলেন থুরুম্ববোইদো লোয়ুম্বা।

(কদেং তোম্ব অনিনা ইকায়নহুনা য়েংনৈ: তোন্বুনা থোইম্বুবু খামগে হোংনৈ, খাম্বা ঙমদে।)

# তরুকশুবা উৎপা

লম্বী                                                    শতম — অমুক

( অঙম অথৌ ময়াম কংলা কাবা চংলি। তোলোমখোম্বা ওকস্মুলাকপা অনিস্থু মারী শাহুনা চংলি

তোলোমখোম্বা—য়াম্বা অঙবা। কেপে মোইরাং লৈবাকসে অরা তুরৈ চল্লকপা চহী কুমজা অহুম শুরক্লে।

ওকস্মুলাকপা—মানি শানৌ তোলোমখোম্বা। কেগে মোইরাং লৈবাকসি লায়র অনং পানবা রাগদোরে। চহী কুমজা অহুম চুপ্পা কুমথি কুমগাংবনা খালৈ লবুক্তা ফৌনানা নাহৌতম লোইমোম ফৌ চয়োং চুমখিক্রে। লোক্তাক শোইমিং মাপলস্থু লেমলৈ ঙাশক উথিক্রে। পুথ্রি খোংবান তু-খোং পুম্বা মালেম লৈক্রক চংলকলে।

তোলোম - কেগে মোইরাং লৈবাকী অরা তুরৈ চনবা অনং ইরৈ লাংবসি কোক্লবা ঙন্নাং কোয়ৌ নোংলেন্দগী চিংঙু থাংজীং খুয়াদা হৈরাং লৈরাং কংতুনা চকপা লমলাং মাইবী খোমলেন, মঙজং তানবীনা শরিক চোমজাউ থাগোম্না চিংঙু মপাউ হংজবা ঙসি কোরৌ নোংদি কংলা লোইশঙদা চিংঙু লাইপাউ পুরক্লগনি।

ওকস্থু—চিংঙু লাইপাউ তারপা খোয়ুম শিম্বা ইম্নসি কেগে লৈবাক্সা লেপনগ্রবনি। কেগে লৈচাউনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহোংনবগীদমক্তা চিংঙু শিম্বা কায়ফরোই।

তোলোম—মানি য়াম্বা অঙম্বা! ক্কেগে লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্লাইবা ঐখোয় পুম্নমক্না চিংঙু শিম্বাবু লুন্নেন কোক্কা খোংগদবনি।

ওকস্নু—অঙম্বশিংস্নু কংলা থৌগানখ্রে কোরৌস্নু রাংলকলে, খোংহাই থুনা কংলা পাংলসি।

তোলো—ক্গনি ম্নাম্বা, খোঙদোইরসি। (চৎমিন্নখি)

---

# তরেৎশুবা উৎপা

**কংলা**　　　　**মতম—নুংথিল**

(লোইশঙ মচাশিংনা থৌগল তৌরগা নিংথৌ ত্তাংবন্দা ফম্মী। নোংথোনবা তোলোমখোম্বা ওকস্নুলাকপা কদাং শেলুংবা অঙম্বা ময়ামস্নু মাগী মাগী ফমফমদা ফমন্থনা লৈ।)

নিংথৌ—কেগে অথৌবা মোইরাং ফম্নাইবা পুম্নমকস্নু তিল্লে। ওসি মোংগী কংলা রায়েনদি চিংঙু লাইপাউ তাবনা হানবা তারেদো অঙম্বশা!

ওকস্নুলাকপা—ইনিংথৌ! (মতমসিদা কদেং থাংজহনবা চঙলক্কুনা নিংথৌ খুরুম্মী

কদেং—ঐবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ ঙাঙোই লৈবাক মপুরেল! চিংঙু থাংজীং কোয়রেললাই খোয়ুম

কদেং—লাইনিংথৌ শিদবা চিংঙু লাইপাউবু অমাইহঞ্জবনা সনা নাক্তা পুরক্লগনি ইনিংথৌ!

নিংথৌ—ইদাইরেম নকম লাংদা ফম্মু। (কদেং মফমদা ফম্মী) ঙরাং কোরৌ নোংদগী লৈবাক্কী অমাইবীনা খাবীশিংদা চল অমাই লামুম য়াতানা চিংঙু লাইপাউ হংজবা অমাইহঞ্জবনা 'খোযুম লাইপাউ পুরক্লগনি। কেগে অথৌবা মোইরাং অঙম্বা নখোয় পৃম্মক্না চিংঙু মানা শীবিরকপা শিন্থাবু শমু মায়ওন্নগে পায়মা নুংদা খল্লোইদবনি।

কদেং—লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ। নদাইবেম কদেংনা চরৈ ঙক্তা য়েৎ খুকউ লৈদা ভাহুনা চিংঙু লাইপাউবু ঙাইজরি। লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা বেগে লৈ-চাউনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহোংনবগীদমক কদেং য়াইবী পাম্মুদনা ইনিংথৌগী য়াথংবু চরৈ ফিগাও শানা য়াজগে।

নিংথৌ—ইদাইরেম অথৌব য়াব্বা নপাউ তাবদি পায়মা খৈনা পেল্লে অঙম্বা। নখোয় খ্বায় নপাল্লাং চোথে চীংশাং চীংবাংমা লাইনা লোই চনবনি। লৈবাক্কী মকোক ওইরিবা অঙম্বশিংনা লৈবাক্কী অরা অনা উদ্রবদা লায়র অনং মশক খণ্ডলক্রবদা চৈরাক রায়েল কায়-রকইদো। লৈবাক্কী অফ-ফত্ত পুম্নমক অঙম্বশিংগী শমু নখুবাক্তা লৈরিবনি।

কদাং — লিক্লাই ঙাঙোই ইনিংথৌ! কেগে মোইরাং লৈবাকী ফম্লাইবা ঐখোয় পুম্নমক্না ইনিংথৌগী শিন্থাবু লুরেন কোক্তা থোংজগনি ইনিংথৌ।

( মতমসিদা অমাইহঞ্জবা চঙলকই, ময়াম হৌগৎলি )

অমাইহঞ্জবা — কেগে ঙাঙোই পুরিংলাই! নদাইরেম অমাইহঞ্জবনা চিংঙু লাইপাউ লুরেন কোক্তা থোংনা পুজরৎলিয়ে ইনিংথৌ।

নিংথৌ — চিংঙু মাগী মপাউখোল ইবধৌ থাংজীংগী ময়াথং কোবৌ নোংদা কাফদে, মালেম নৈদম্ব তাফদে, নিংথৌ ঐনা চরৈ ঙক্তা য়েৎ খুকউ লৈদা তা চরৈ ফিগাউ শানা খোয়ুম মপাউ ঙাইজরি। ( নিংথৌ খুরু খুদক কুন্থনা লৈ )

অমাইহঞ্জবা — চিংঙু থাংজীং কোরেল্লাই মোইরাং লাংবুম অরিবা পালোই তাবা লাইনিংথৌ শিদবা নবুধৌগী চিংঙু লাইপাউদি শারম চামা ঙারম চামা, হৈশক চামা লৈশক চামা চামা চামনা খুজিং ওইনা কংলবদি কেগে লৈচাউ থুনজাউহনগে মোইরাং ঙাহোং চাকহোংহনগে লৈবাক মন্না তপহনগে নিংথৌ পুন্সি লুংশাংহনগে। ঙসি কোরৌ নোংদগী লোইদাম থাবুম লান্দনা চিংঙু শিন্থা পাংথোকচৌ খোয়ুম মানা কুবিরক্লে ইনিংথৌ। ( নিংথৌগী মমাঙদা থারিবা ফি অঙৌবগী মথক্তা অমাইবা পুরকপা লৈ অত্র থম্মী, ময়াম খুরুম্মী।

( অমাইহঞ্জবা থোকখি, ময়াম মফম মফমদা ফম্লখি।
নিংথৌ তাংবন্দা ফম্লগা মরু লুক্তুনা লৈখি )

কদেং— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! তাংজ মায়রুক্লা চিনবান খেগুম লাংশিনবিববু .... .... .

নিংথৌ—ইয়ুম কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অরা তুরৈ চনবনু কোক্লবা শারম চামা ঙাবম চামা খিগদবা শিন্থাবু কেগে অঙম্বা মোইরাং অথৌবা কনাগী মফমদা শীগদগে খল্লুবদা পায়মা লংলা লংজিম পুনখ্রে।

কদেং— ঐবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ য়োল্লবদা কনবিয়ু লাল্লবদা ঙাকপিয়ু। নদাইরেম কদেংনা ইতিক ইপা চায় খন্দুনা লিক্লাই সনা মাঙদা চোংথোকচবা নংচদে। কেগে লৈবাক্কী অরা তুরৈ ইরৈ চনদনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহোংনবা চিংঙু থাংজীংগী শরেল চন্নবা য়াওরৌ শারম চামা থিবা অসিতদি পাংদ্রবা নদাইরেম কদেং ঐগী ইথৌদাং ওইজরগে, লিক্লাই য়াথং পীনবিয়ু। চিংঙু থাংজীং থাগোন্না মোইরাং ঐখোয়গী উমুংলেন লমলেন তোরবুং লমজাউদগী য়াওরৌ শারম চামা ফারগা চিংঙু খুয়াদা য়াওরৌ শাচারোক কংচগে উনখি পুক্লিং লেপচরে। চিংঙু থাংজীং পল্লেপনা শরি পন্দোল লোমজরি য়াওরৌ শারম চামা শুনা চিংঙু খুয়াদা কংপা ঙমদ্রবদি

কদেং - অম্বাংপা য়াওরৌ শাহুং শিন্দুনা কদেং য়াইবী থাজগে শরিসো চিংঙু থাংজীংনা পলেপনবিসন্নু ।

নিংথৌ—নুংঙাইদা অঙম্বা য়াবা নপান্ত তাবদি। কো'রৌ মৈশা লাংলবা লৈরাংনা নোংমদোল লাইজ ফংবদা শিঙেল লৈনা তেখৎপগুম উনবি পুক্লিং থৌগৎলে। ঐমক্তনা সনা ঈ অশেঙবা ওইরবদি শমু নমায় পাকচরো, নিংথৌ ঐনা শিন্থা পীরবনি। ঐনা ইল্লিবা শেম্বি কব্রং মুগানা শাবা নিংথৌফি অসি ফংজবগা লোয়ননা ঙসিদগী কেগে শারুংহনবা ফমথোল কাজরে' অথৌবা। ( নিংথৌনা মনঙ্গন্দা ইল্লিবা ফিতু লৌথোক্লগা কদেংদা কুপ্লি, কদেং খুরু খুদক কুন্দুনা য়াই )

ওকস্নুলাকপা - ইনিংথৌনা চানবিরে চিংঙ থাংজীংনস্নু কুবিরসন্নু পারি !

কদাং —ইনিংথৌ ইবুঙো ! পাথৌ শারুংহনবনা য়াওরৌ শারম চামা শাফাবা থৌদাং নিংব্রে। চিংঙু থাংজীং খুয়াদা কংনবা লমলেন লোক্তাক ঈশা মাপল পাংনৈহুনা চিংঙু ঙারম চামা ফাবা নদাইরেগী ইশরুক ওইজরগে। নদাইরেমম্মা চরৈ ঙক্তা য়েং খুকউ লৈদা তানা লিক্লাই য়াথং ঙাইজরি। ( মকোক নোনজৈ)

নিংথৌ —নুংঙাইদা ইদাইরেম কদাং শেলুংবা। নখোয়গুম্বা কম্লাইবনা নিংথৌ ঐগী নাক্তা লৈরিঙৈদা ·হাওকপ চীংশাং কনানা খেন্দ্রে চাইরেন কনানা কেগে মোইরাং

নিংথৌ—লৈবাকপু লাকচা খুত্থম চল্লগনি। অঙন্বা নখোয়গী নপাল্লা নিংথৌ ঐনা পানবনি। লেমলৈ ঙাবন চামা ফাবা শিন্থা অথৌবা নখুৎতা শিন্নরবনি।

কদাং—চরৈ ফিগাউ শানা লিক্লাই শিন্থা লৌজরে ইনিংথৌ।

নিংথৌ—মতিক মাপা চাদে পায়মা নুংদা ব্লারৌগন্নু। নিংথৌ ঐনা কংলা অকা অকুমদা লৈতেং লিংখাং ওইরিবা লিক্লাং পরে অসিগা লোয়ননা ঙাক্লুংহনবা ফমথোলস্থু ফংজরো অথৌবা। (কদাং শেল্লুংবা নিংথৌ খুবক্সী)

নিংথৌ-হৌজিক্তি অথৌবা অনিমক! নরানয়াইদা কুমত্থনা অব্রা পোথাজরুরো। হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদগী নঙগী নঙগী শিন্থা পাংথোকউকো (কদেং কদাং অনি নিংথৌ খুরুম্নগা থোকখি)

কেগে ফম্নাইদা পূন্নমক! ঙসি কোরৌ নোংদি কংলা ব্লায়েল চৎথরগন্নুসি অসিরাইদা লোইশিল্লসি।

(অঙন্বশিংনা ইনিংথৌ হায়না খুরুম্সী)

---

## তরেৎশুবা উৎপা

**লম্বী মতম—নুমিৎদাংব্লাইরম**

(কদে কদাং ব্লারী শাত্থনা লাকই)

কদাং—পাথৌ ইবুঙো! হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদা তব্লা চাকঙল চারগা পাথৌদি

কদাং – লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙু শারম চামা থিবা খোঙ্‌শাল্লগনি। ঙসি কোরো নোংসিদা নশানৌ নাক্কা খোঙদোইহুল নুংশি য়ারা পুকমেন পাওমেন্নবনা চুমগদ্রনে পাথৌ।

কদেং – মহুনা চুমগদ্রা খনজেদো পাথৌ ইবুঙো! পাখং ইরান য়ৌরবদি চরৈ ফিজোল হোংলিঙৈ কোরৌ শিংখোং রায়খিনি। নুরা নাক্কা খোঙদোইহুল চিংঙু শারম শাথিবগী য়ারা ইপাউ তমলুরগে।

কদাং হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই পাথৌ উন্নগনি উন্নরোই খঙদেদো। ঙসি কোরৌ নোংসিদা পাথৌ নফমগা য়ারা খরদং চিঙ্গোয়নজরম্‌গে।

কদেং - চিংনা পরৈ লৈতনা চিঙ্গোয়বিসি পাথৌ ইবুঙো!

কদাং – লোক্তাক ঈশা মাপল পাৎনৈহুনা লেমলৈ ঙারম চামা ফাবা হাল্লবদি লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙু শারম ফাবদা পাথৌ নতেঙ পাংজরগে।

কদেং – পাথৌ ইবুঙো. য়ারা নপাউ তাবদা পায়মা খৈনা পেল্লে চান্নবা। চিংঙু শারম শুনা ফাবা হাল্লবসু পাথৌ নতেঙ পাংনবা লমলেন লোক্তাক পাংজরক্কে।

কদাং – অহুদি পাথৌ লৈবিহৌরো, খোঙ্‌হাই খজিক হাল্লরগে।

কদেং – ফগনি পাথৌ, খোঙদোইব্বিরসি। (মখোয় অনি কোন্নরগা চংনখি)

---

## মাপালগুবা উংপা

**পুন্নি মপাল মতম — চুমিংদাংবাইরম**

( তোম্বু রাখল তৌনা লৈ নাচোম শেম্বী মথক নরক্তা লাকপরা য়েংই। থোইবু লোম্মা থোরক্লগা অরাপ্পদা লাকপরা য়েংলগা লাকপা উন্নবদা মথন্নায় রাবা শাশিন্নচুন্না তোম্বুগী মাক্তা চওশিল্লকই।)

থোইবু — লৈরাং নাইতোম শাংচবী শিঙেল লৈশক হেল্লবী নুংশি লৈনম চেল্লবী লৈরাংদে থোয়ুম নওগী মোংদম খোলনা থাংজু থক্তা শিঙেল লৈচু ওল্লহল্লে রাংবিদা ঐদি শরিসে।

তোম্বু — চীংগী খুন্নু খোংজোম্বী, কুমগী হওই মিংকুৎপী! মঙনা য়ান্না চিঙ্গোয়রবা শাববু।

থোইবু — (রা থংচুনা) হাইবা ওকচল্লেদা, পায়মা রাখল কংমন খিগ্রে। পায়মা নুংদা মওল মওল থনুজচুনা চিঙ্গোয়মজবনে।

তোম্বু — পায়মা য়ান্না করিদি লৈচুনা চিঙ্গোয়নম্নিবনো? পায়মা লিন্দাং শাংবী নহাকপু।

থোইবু — তাইবং মালংপান অসে য়েংবা হৈরবদি পায়মা নুংঙনবনে। পম্বৌ ইংখোল্দা ওংজবী শিঙেল লৈরাং খিবিরম, থোইবু আবু ঙাইজেনো। পাংথাই কাদা শাংলবী মথংলেন কোলোয় তমজবী শিঙেল থরিকথা

থোইনু —লৈয়াংশু থাজ মিয়েল ভাইজেদো। মমু তাইবং কনীনা অপাম মাগীদমক্তা উনবি পুক্লিং খোয়রাংদবা য়াওবগে? নিঙোল নতো উবদা উনবি পুক্লিং খোইয়াংনা ইদোম চিঙোয়নজবনে?

তোম্বু—য়েংউনেসে চিম্থিবীসে। মালং ইচিক খেম খঙোল হকচিক লাংজরগা অপাম কনাগী য়াখলদা পায়মা নুংঙুনথ্রবগেনে?

থোইনু —হাইমা কিজয়েদা শম্বিসো। ঐনা অপাম কনাবু ভাইবনি চিঙোয়নথ্রবগে? পায়মা নুংদা নুংশি য়াম্না থুপচান্নবদি নিঙোল নদোম লংলা লংজিন চিংথোকচরে

তোম্বু—মচিল চিমবাল্লাং অসে নোইনি কবোক পোকপন্থু মঙাইয়ে। ঐনা কনাগীদমক্তা পায়মা য়ান্না থপ-চান্নথ্রবগে?

থোইনু উদ-শিন্না মিৎলাওবী চাদ-শিন্না চখোমজাউ পাউ-য়ৌনবা য়ান্না লৈবনে ইবেম্মা!

তোম্বু—হাইমা ঙকচয়েদকো শম্বিসো ঐদি। মালং ইচিক খেম্বনি চিঙোয়নববু মীমম্বা য়ারারা?

থোইনু—মালং ইচিক খেম্বনা নিঙোল পায়মা নুংগী অন্না মৈচাক কোকলোইয়ে। পাম্মু চেংলৌ থাজনা নুংশি মিয়েল তারবতদা নিঙোল পায়মা ভানগনি, অন্না মৈচাক কোকনি।

তোম্বু—হাইম্মা কম্নিনোনে-পায়মা পিবুক কত্তবীশিবো!

( য়েংথোকউবদা অরাম্বদা কদেং লাকপা উবদা )

থোইম্বু-তরা চাকওল চারগা কেগে কংলা থৌগাখিবা কোরৌ নারল ম্বায়রকলে। ন্যোংমদোল থাজনা কোয়ৌ থক্লা ঙানবগুম থিংলৌ নিংজবা থাজম্মু থোরক্লগনিয়ে।

তোম্বু—থোইম্বু! নঙনা চিঙ্গোয়নবম্মু চিঙ্গোয়নবনি। পলেম পম্বৌ অনিগী ন্নুংশি ম্নাখল ঈরেন্দা তাউখ্নিঙৈ অরা ঈথক উরমদে। পাম্মু মাগী ন্নুংশি ম্নাখল ঈরেন্দা নিঙোল ইদোম তাউজবম্মু ঙমদ পাম্মু চাংজৌ মাপা থুঙমদ ন্নুংশি লাইজ ঈরাক্লহনা তোক্লগম্রা খঙম্রেদা থোইনু। ( কদেং চঙলক্লগা লুমহনা তাই )

থোইম্বু-নিঙোল করিগী পায়মা খোয়ম্নাংবগে? শমু পাঙ্গল শোনবী ন্নুজানা ন্নুংশি ঈপাক তমজবা পাম্মু চাংজৌ মাপা থুংদনা ঈম্নাক্লহনগে খনগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা তমব কনা লৈরমগদগে ?

কদেং—( থোরক্লনা ) অচুম্বা য়াম্নানি থোইম্বু! ( তোম্বু ইকায়হনা মরু লুকথৈ ) তমব ওইনা পোক্লগা শমু পাঙ্গল শোনবী ন্নুজাবু ন্নুংশি লাইজ ঈরাক্লহনগদবা কেগে "নিংথৌ" মদাইম্নেম কদেং থাংজহনবা লৈম্নিঙৈদা কনাগীম্মু মতিক ওইদে।

থোইম্বু-অচুম্বা য়াম্নানি অঙম্বা! কেগে নিংথৌ মদাইম্নেম অঙম্বনা লৈবিম্নিঙৈ ন্নুংশি ঈরাক্লহনবা ঙম্মোইদো।

থোইনু—অঙম্বা মহাক্না মুংশি ঈরাক্লনহনগে খল্লবদি কেগে কনানদি কনবিগনি। ( তোম্নু থোইনু অনি লোন্না ইঙ্গিৎ তৌনহুনা মুংঙাইনৈ )

কদেং—( ঙক্লুনা ) মুংশি লাইজ ঈরাক্লহনগদৌরিবা অঙম্বহুবু কনানোনে থোইনু।

থোইনু—অঙম্বা কোলোয় তাক্নদবদি থোইনু ঐ নত্তেয়ে।

কদেং—( ঙক্লা ) অহুদি কনানো ?

( তোম্নুমা নোকমি নোকমি তৌরগা থোইনুদা হায়দোক্নদ লোন্না ইঙ্গিৎ তৌই। থোইনুনা কদেংদা অমুক য়েং তোম্নুদা অমুক য়েংলম্লগা "তু" হায়না তোম্নুদা খুদোম্বী থিল্লম্লগা চেনখি। তোম্নু ইকায়হুনা চংকে তৌবদা কদেংনা থংলি।)

কদেং - অঙম্বা কোলোয় তাকপা ব্রাংলেন ওইত্রিবনে শানৌ ?

তোম্নু—অঙম্বা পায়মা থুপচান্না নিঙোল য়ারা লোনজাননা চিঙ্গোয়নবিযবু নিঙোল পায়মা মুংদা থাজবিদবরা ? পাখং পায়মা মুংদা য়াংদৌ লমকাংবগুম নিঙোলস্থু কাংলমগনি খনবিবরম্নে মুংশিবা। লাইবকচাউবী মনাওবু মুংশি লাইজ ঈরাক্লহনগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্লা পাম্বু মহাক নত্তনা অঙম্বা কনা লৈবগে ?

কদেং—ইশানৌ ইনেম্মচা মুংশিবী ! করি পায়মা রাখললনো নিঙোল পিবুক মুংদা পাখং ঐবু থাজবিদবরা ?

তোম্বু - পাম্মু য়ান্না তাবদি নিঙোল পায়মা খোয়দাজৈ। নুংশি শাজৎ উরগা নুরা থম্মুং নুংবংঙি।

কদেং — লৈকায় ইথিন তাবনা উনবি পুক্লিং ওনররা? কেগে কৌসুখোল তান্নগা নুরাগী শমু খুবাক কুয়োনবু হুবরা?

তোম্বু — মাঙ্গ নঙবু লোয়ম্বা নুংশি নঙবু কাউববগা? ফাইরেন থাগী থানিন্দা কুমাবগী মবানয়াই নুংশি শরি পন্দোন লোম চিংঙু লাইথোং খুদিংদা হৈন্নাং লৈরাং কংমিন্না লৈপুল খয়োম শেম্নবা চিংঙু খুয়াদা নিজবা থংলেন কাউগে খন্দুনা পাখং খোঙলৈ তপ্পরা?

কদেং - শানৌ কব্বি য়ারানোদা। ঙসি কোরৌ নোংদা পাখং খোঙলৈ তপ্পদি চিংঙু লাইপাউ কোঙা থোং. মপু য়াথং নমদা পো লৈবাক শিংম্বা তুংইন্নগে পায়মা নুংদা খনজরে। শানৌ নঙগী নশমদা কব্বা য়োইদম পাউদয়্যরসিগে।

তোইন্নু — পাম্মু য়ারা তাবদা নিঙোল পায়মা ভয়াং তশোইবে, উনবি পুক্লিং লাংতক্লরে। নিঙোল পায়মা, খাম্বী মৈহৌবা কব্বম্বা য়ান্না পাউদমব্বিগদৌরিবনো?

কদেং — নিংথৌ পলনা ব্রাংবনা লৈবাক রানা লুবনা কোরৌ শিংবুম খয়দং লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙু শারম চামবু ব্রাইয়া শাফারুনবা হয়েং কোরৌ নোঙ্গ-শোই জোইয়া তমলোন অঙলবদা পাখং খোঙদোই হনগদৌরি।

তোম্বু—পাম্মু য়ার ৷ তাবদি নিঙোল পায়মা অরা খুরৌ চেল্লিদ্রা ।

কদেং - করিগী পায়মা খুরৌ চেনবগে চিংঙু লাইনীং চেৎলম্মু।
চিংঙু থাংজীংনা কুবিহুনা য়াওরৌ শারম চামবু ফারগা
ইয়ুম কেগে মোইরাংদা রাইরা তম্না হল্লক্লে শানৌ
রারমগন্নুকো ।

তোম্বু—নিংথৌ য়াথংনা কনখিবনা লৈবাক রানা লুখিবনা
নিঙোলনা থিংজবা ইতিক ওইদ্রে। পাম্মু নওগী-
দমক্তা চিংঙু থাংজীং লাইবু চেংনা থাগোম্নজরমগে।
য়াওরৌ শারম চামবু খোঙলৌ পল্লৌ লৈতনা শাফা
রাঙম তম্না চিংঙু মানা কুবিসম্নু। চিংঙু শারম
শুরগা ননাওগী য়াওরৌ শজি অমতংদি তম্বিরকউ।
পাম্মু নওনা তম্বিরকপা মুংশি মেলোন খুদোল য়াওরৌ
শজি মাবু নিঙোল নম্বা ইয়োং শওদা পুল্লগা মাক্ত
চেংলৌ য়েংবগুম শজি মাবু য়েংজগে।'

কদেং—নিঙোল য়ারা তুংইন্না পোৎতপ য়াওরৌ শজি কাউ-
জরোই। নিঙোল পায়মা খোয়দাবা য়াওরৌ শজি
ফাবা চিংঙু মানা কুবিসম্নু।

তোম্বু৹ ঙসি কোরৌ নোংদা মুংশি নওগী নাপ্পদা খোয়নৌ
ইতা শক্লবী শিঙেল লৈরাং নাচোম্বু থেংচগেকো
ননাওনা। চুজা ওইবী মপোক্লা পাম্মু খোঙলোই

তোন্ — য়াদ্রবস্তু শিঙেল নাচোম অসিনা হুজা ইহুংশিন্না পাম্মু নতুং ইনজগেকো। মাঙ্গ নহাক্না শিঙেল নাচোম উরগা ননাও য়াওরি খনবিয়ু। শিঙেল লৈচু ওন্দবা লৈরাং লৈমল চন্দবা চিংগু থাংজীংনা কুবিসন্নু। করিগুম্বা শিঙেল লৈচু ওল্লবা লৈরাং লৈমল চল্লবদি অরা তুরৈ চল্লে, অনং ইরৈ লাংলে পাম্মু নওবু কৌজবনি কাউবিগন্নুকো হুংশিবা। (তোন্নুনা কদেংগী নাপ্পদা নাচোম থেৎলি, মখোয় অনি হুংশিননা য়েংনৈ)

---

# তরাশুবা উংপা

## লাইজিংলাকপগী — মাঙ্গোল

(লাইজিংলাকপা মাঙ্গোন্দা হঙ্গং হুন্দা চংতুনা রাখল্ তৌই, লাইজিংলাকপী ইমুংদগী থোরকপা উবদা

লাকপা — লাইজিংলাকপী! ইমোমগী উনবি পুক্রিং খওলব্রা? লিক্লাই লিকথাং ওইবা ইমোম্মা য়ানিংলব্রা?

লাকপী — মমোমগী য়াব্রা মপাউ অসিবু.. (মা মখা তাদবা)

লাকপা — চিংনা পরৈনদনা ইমোমগী মপাউ তম্মু।

লাকপী - লিক্লাই লিকথাং ওইদ্রয়ো অওং অউম তম থাজ

লাকপী—ইনীং তম্নগে চিঙ্গোয়নরুষবু চিঙ্গোর য়ারা পাউ-
খুমলক্কে।' মমা ঐনা অরেপ্পা খঙগে ইমোমগী পুক্লিং
তকলুবদি য়াব্রা মপাউ খুমদনা হিক্না হিক্না কপতুনা
মিঙোল কাদা চঙখি। ইমোম মতৌ উরগা পায়মা
খোয়রাং লিলাংঙি। পস্ত্রৌ ওইবা নহাক্না ইমোম
মবুক ফাখিয়ু।

লাকপা—লাইজিংলাকপী! ইমোমগী উনবি পুক্লিং খঙলে।
ইমোম্না পায়মা খোয়দাদে খঙনা খঙনা ঙম্মি ইমোমনি
খন্দুনা কয়ম্না থাজ ইনীং তম্নসিগে। ইমোম পুক্লিং
থুংদনা খাঙ থক্তা পুন্সি লোমখিবা থোক্লবদি পলেম
পস্ত্রৌ ওইবা ঐখোয়না ভাইবং মালং পানসিদা কয়ম্না
মমু পুন্সি লেনগনি। লাইজিংলাকপী ইমোম মশানা
য়াত্রবদি মপা ঐনা নমজাননা থাজবা ঙম্মোইদৌরি।

লাকপী—উনবি পুক্লিং তয়াং তশোইবিগন্নু। পলেম পস্ত্রৌ
ওইবা ঐখোয়না ইমোমগী য়াইফনবা নুংঙাই মরাং
কায়নবা থৌশিনবনি। পলেম মময় ঐগী য়ারা থওই-
ম্লবস্থ অঙম্বগী য়ারাদি ইল্লকপস্থ য়াইর অমুক্তদি
চিঙ্গোয়নদুনা ময়েংবিয়ু।

লাকপা—মপা ঐগী য়ারা তাবদা হেদোই হেনাউ কাংবাদি
ঙমদ ইমোম্না অরা খাম্বী মৈশালাং পামদবনা অপামশা
ম্লুংঙাইতবনা মংদা ক্লম রুপ্পা কপ্পা য়াঙ্গোইখিবন্ন

লাকপা —মপা ঐনা কয়য়া য়েংতুনা লৈহৌগনি। ইমোম মদোম পোকপীনি থিংলো নীংবা থুংজরসম, চিংঙ নোংদমখোল য়েংলসি। ইমোমগী অম্বেপ্পা য়ারা মপাউবু লিক্লাই খুয়াদা হঙ্গৎলুরগে।

( মতমসিদা ওকস্নুলাকপা তোলোমখোম্বা চঙলকই )

য়াম্বা ওকস্নুলাকপা শানৌ তোলোখোম্বা খোঙদোই হুনবিরকলিব্রা? ( লাইজিংলাকপীনা ফিদা থাই, মখোয় অনি কমই )

ওকস্নু—লাইজিংলাকপা অঙম্বা! নমোম পুক্লিং খঙলব্রা, লিক্লাই লিকথাং ওইবা নমোম য়াম্বব্রা?

লাকপা —ইমোমগী উনবি পুক্লিং হংলুবদি থিংলো নীংবা কায়খ্রে। লিক্লাই লিকথাং ওইনবা ইমোমবু থাজ ইনীং তম্বা ঙম্মোইদৌরিনে অঙম্বা।

তোলোম—করি য়ারানো য়াম্বা লাইজিংলাকপা অঙম্বা! অঙম্বপী নমোনবু থাজ ননীংতম য়োনজ নখা তমবদা কেগে কনানা থিংলগনি। অতুপীস্নু মথক্তা চিংঙ লাইপাউ তুংইন্না কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নমোমবু লিক্লাই লিকথাং, ওইনবা কেগে লৈবাক্তা চিঙ্গোয়নবনিনা অঙম্বা। পায়মা বাখল তৌবিয়ু, মপু লিকথাং ওইনবা য়াদে।

লাকপা —শানৌ তোলোমখোম্বা! অমম্তা পোকপী ইমোমনি পায়মা নুংদা খন্নুনা ইমোমবু থাজ ইনীং তুমগ্রবোই.

লাকপা।—ইমোম্‌গী খিংলো নীংবা থুংজন্নসন্নু শন্নি পন্দোল লোমগ্রে। কেগে লৈবাক লৈচাউনবা ইমোমবু লিল্লাই লিকথাং ওইদবা ময়াদে চিঙ্গোয়নবিগনু অওম্বা।

তোলোম—য়াম্বা লাইজিংলাকপা! কেগে মোইরাং লৈবাক্তা চন্নু নিঙোল রাংতেদো! কেগে লৈমরোল তরেং চেংলো হেন্না নীংথিবী শাংলিনা অওম্বা। চিংও থাংজীং মপাউখোল লাইজিং পুনসিবা ইনিংথৌগা কোলোয় মিংমান্নবী চন্নু নিঙোলবু থিরগা তালোয় তুম্নিল তন্নবদি পারি পোক্তবা পোকনি মমোম শাংতবা শাংকনি খোয়ুম লাইপাউ তুংইন্না মমোম তোম্নু লাইজিং লেম্বীবু লিল্লাই লিকথাং ওইনবা লৈবাক্কী অওম অথৌনা চিঙ্গোয়নববু নমোম থিংকম থোকপরা।

ওকম্ন—লাইজিংলাকপা অওম্বা! পান্নমা রাখল তৌরিয়ু কেগে লৈবাক্কীদমক্তনি নিংথৌ মরম্মাইগী থোক্কেনা। চহী কুমজা অহুম চুপ্পা কুমথি কুমগাংবন্না লৈবাক্কা অরা অনা নংলকপন্থু কোরুবা চিংও লাইপাউ তারগা খোয়ুম শিম্থা ইনসি লেপনখিবা নম্রা? লাইজিংলাকপা নরোনদোমগী খন্দুনা চিংও শিম্থা কায়বগী কেগে লৈবাক্কা অরা তুরৈ চনবন্থু অওম্বা নমিং পেম্না য়েংগেরা।

লাকপা—চুম্মি চিঙ্গোয়নবিরিবা য়ারাহ্ন। কেগে লৈবাক লৈ-চাউনবা লাইজিংলাকপা ঐগী শন্নি নামুংবন্নি পান্নমা থুংদা চিংনজদে। লাংবল হুইক্রগুম তোমপাংন্নবী

লাকপা—ইমোম্মা অরা খুরৌচল পামদবনা অপাম্মা কপ্পা কপ্পা পুন্সি লেমবক্ষু মপা ঐনা করম্মা য়েংহুনা লৈরসিগে।

তোলোম—অওম্বা, পায়মা খাখল থেমমল্লিনা। লৈবাক নিংথৌ য়াইকনবগীদমক্তা লাইজিংলাকপা নমোম তোন লাইজিং লম্বী শমু মীকোক অমি শরেল চনগনি চিঙ্গোয়নবমক্তি নত্তেনা। নমোম লাংলেমমা লিক্লাই লিকথাং ওইবদি পায়মা পেনকম থোই। নমু তাইবং ঐখোয়গী ন্যুংঙাই ওমথৈ অসিরাই মডাইনা অওম্বা।

লাকপা—ইমোমগী উনবি পুক্লিং থুংদনা লিক্লাই লিকথাং ওই-গদবগী শরুকপুদি কেগে লৈবাকীদমক্তা লাইজিংলাকপা শরেল চনবা ও'রে চিঙ্গোয়নবিরবদি অওম্বা নমাংথা চিংও্‌ থাংজীং লাইমাংদা খুরু খুদক যণশা. লৈদা কুল, শমু ওকশম তোংদম তিংবদা লাইজিংলাকপা পায়মা ন্যুংদা চিংনয়োইদবনি।

ওকসু নমোম মণ্ডং লাংগীদমক্তা মৈনা রায় তাংনা শম্মা পানগদবা কেগে কম্বাল মুংপা য়ারোই। অওম্বা পায়মা খাখল তৌফম থোকইনা।

( তোন্ লাইজিং লেম্বী থোওক্সিন মরুমদা লোম্না ডাই )

লাকপা—লাইজিংলাকপা, ঐগীদি চিঙ্গোয়নরিবা য়াবানা অয়েপ্পনি। ইমোমগী মরীদদি থৌহু ন্যুংগুম তেকলে শম্বা য়াররোই অওম্বা।

ওকস্নু - ( শাউনা ) কব্বি লাইজিং লাকপা কব্বি। কেগে লৈবাক্কী খন্দনা নরোনদোমগী য়েংলগা ইমোমগী মরীদদি থৌদ্ধ মুংগুম তেকলে শম্বা য়াব্বরোই চিঙ্গোয়নবা। চিঙ্গোয়নবা হৌনৈ চিঙ্গোয়নবনিনা। লাইজিংলাকপা নওনা ঙম্মে নমোম তোম্নু লাইজিং লেম্বীবু লিক্লাই-লিক্লথাং ওইহনগন্নু। কেগে লৈবাক্কা ঙম্মে লাইজিং-লাকপা নওবু কুব্বাউ হংলাব খুৎতা-চল কৈস্নুম শঙলেন মুংদা থমগে। নমোম তোম্নু লাইজিং লেম্বীবুনা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগে। কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নিংথৌ পুন্সি মুংশাংনবা ওকচিল্লাকপা ঐগী য়াব্বাব্বু তুংইন্নবা ঙমন্নবদি কেগে কংলাদা ইফম থাদোক্কে মোইব্বাং লৈবাক্তা লৈথরোই।

লাকপা—অঙম্বা ৱাহৈ খুব্বাম চাউমল্লি। লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা কেগে কংলাদা নফম থাদোকপা অঙম্বা নওগী ননীংনি, য়াইবী থব্বায় থাবস্নু লাইজিংলাকপা ঐগী ইখানি। মথক্তা য়েংকাপ লোন্দবী মখাদা মনাও ফোইব্রবী অমক্তা পোকপী ইমোম তোম্নু লাইজিং লেম্বীবু মশানা য়াদনা নমজাম্নগা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগনি চিঙ্গোয়নবদি নথৌ থোক্কেনা অঙম্বা।

ওকস্নু—ইথৌ থোক্লবস্নু থোক্লবস্নু কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নিংথৌ কম্বাল মুংতনবা নমোন তোম্নু লাইজিং লেম্বীবু লিক্লাই লিকথাং ওইহন্নগে শব্বিসো চিংকু থাংজীংনা

ওকস্নু - খুঙসন্নু । লৈবাক য়াম্না থোৌবম্না অওম্বা শরিনা উইবম্বা য়েংনসি ।

লাকপা—য়াম্বা ওকস্নুলাকপা ! ঐনা পোকপা ইমোম্বু মপা ঐগী মাওদা মশানা য়াদনা নমজান্ননা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগদবা কেগে কনাগীস্নু মতিক লৈতে। চিঙ্গোয়-নম্নিবা য়াম্নাসিনা লাইজিংলাকপা ঐগী অৱেপ্পা শরিনি।

ওকস্নু - কৈ য়েংনসি অওম্বা (ওকচিল্লাকপা তোলোমখোম্বা অওম্বা অনি শাউনা চৎখি।)

---

# তরামাথোইশুবা উৎপা

**পুম্রি মপাল মতম—নুংথিল**

(তোম্বু মশম মনা ইকা ফাহুনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা শম্বলদা ওাহুনা লৈ। মপুক্লিংদা নীংলিবা য়াখলহু ফোংদোকপা)

তোম্বু - করিম্নুংগী কোলোয় লাইজিং লেম্বী থোল্লম্বা। কোলোয় মিংলেন অসিনা কায়না মৈশালাং পাম্মু শেংনা মৈচাক্লা থম্মোয় য়ায়না চাকসক্লে। কেগে লৈবাক্লা লুখিম্বনা পম্মৌবু হাওনা তুংবুল পয়েলাক মমোম ঐগী

তোম্বু—ইমাওদা পুখিবা থোক্লবদি ঐনা কল্লম্না য়েংহনা লৈহৌগনি। নিংথৌগী য়াথং লাক্রিডৈ ৱাংলেনদা লমলেম তোসবুং লমজাউদা রাইরা শাথিরা খোওদোইখিবা পাম্মু মাবু চিংও, নওনা কুবিহনা মুরা নাক্তা পুবিরকউগরা। (হায়না কপ্পা কপ্পা ঈশৈ শকই)

চিংও, খাংজীং কোরেল্লাই
খোয়ুম নওগী নোংদমখোলনা
মুংশি লংলা পাদম্নবা
শোইনাই মচেৎ থাং
শাবি শানৌ অনিবু
য়াংদৌ লম্নখাংদা
কায়না মৈশা লাংহনবিগদৌরব্রা ?
কেগেলৈবাক্কী য়ারানা
অকনবা নোংলৈ মুংশিং ওই
ম লং শউম ফংবদা
চংবি লাতোন লারাক্লা
হাইনা হল্লা খাওবগুম
নিঙোল ওইবীনা ৱাখিবসে
পাম্মু নওদি খওলিরোই

(খোইনু মুংশাখিনা ফিংনা চেল্লকই)

খোইনু—কেগে লৈমরোন লুচিংবী, খোয়নৌ ইতা শক্লবী, মোমনু লাইবকচাউবী মওবু জমদম্ তাম্না পাম্মু মানা

থোইন্নু— নৈবা লম লমলেন তোরবুং তাম্না খোঙশাল্লোগবা চান্নবী।

তোম্বু— খোয়নৌ শকপী থোইন্নু! নিঙোলগী অরাবা করি পাউবু তাবগেনে চান্নবী।

থোইন্নু—পম্বৌবু কৈস্থুম শঙলেনন্নুংদা থল্লগা মোমন্নু লাইবকচাউবী নহাকপু নিংথৌগী তালোয়শিংদা চনগনি চিঙ্গোয়নহুনা অঙম অথৌ ময়াম থুংলরে। রাংলেন থিন্দনা নশাবিনা নৈবা লম লমলেন তোরবুংদা খোঙশাল্লোগবা চান্নবী।

তোম্বু—থোইন্নু! ঐবু পোকপা পম্বৌনা মমোম ঐগীদমক্তা অরা থুরৌ চনগনি খঙনা খঙনা শাবি মাগী মনাক্তা কন্নবা খোংকাপ নাওরৈ থাংগনি। পাম্মু নাক্তা য়ৌসি য়ৌঙমদ পম্বৌ নাক্ত; চঙসি চঙমদ্রে, মায়কৈ কদোম চংলগা নিঙোলগী পোথাকম ওইগদবগে রাখল পুলেপকম খঙদ্রে। অরা মৈচাক নুংদা ফুম কায়না মৈশা লাংহুনা 'পিরাং পিরোইনবা নজনা নিঙোলগী করি থৌনা নৈন্নিবগে থোইন্নু।

(মখোয় অনি কোন্নহুনা 'হিক্লা হিক্লা কপমিন্নরিঙৈদা লাইজিংলাকপী মবা নুংশা মপী হোন্দুনা চেল্লকই)

লাকপী— ইমাগী লাংলেন চরৈনু; লাইবকচাউবী নঙবু তাম্নব্রা? ল্মাংলেম নম্নুং লাংগীদমক কেপে অঙথশিংনা মপু য়াথং পুহুনা নঙবু পোকপা পম্বৌবু হাওনা ফুংবুল পরৈ

লাকপী - লাক্কদবগী নমোম কৈদা লৈবগে য়ারা পাউহৎ তোয়-হৌরে। ইমোম নহাক নত্তনা পম্মৌগী অরা তুরৈ-নববু কেগে কনানা অরা পরৈ হনগনি। নিঙোল পায়মা থৌদ্রু মুংগুম কনগন্নুনে লাংলেন।

তোম্বু লাইবকচাউবী নমোমনা লৈমকোন্দি নিংথৌকোল মপুকোন্দি লৈকোয়রেল পামজদেনে অপোকপী।

লাকপী - ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা! পায়মা তিল্লাং খয়োংনা অমুক্তদি খল্লুগবা লাংলেন। নিঙোল পায়মা মুংদা থিংলৌ নীংবা লৈরবসু নীংবা কোঙ্গায় তুংওইনা পম্মৌগী অরা পরৈ হনবনা লাংলেন শিম্মা ওইযুনে।

তোম্বু - পলেমগী য়াব্রা অসিবু নমোম্না কর়ম্না পাউখুম্নসিগেনে অপোকপী: (হায়না মমাদা ঙাশিল্লগা কপ্পি)

লাকপী ইমোম নতৌ উরগা ইমাসু খাঙফম খঙত্রে। রাংলেন ঙাহাক থিল্লবদি নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংনা নঙবু পোকপা পম্মৌবু হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কেগে সোরোক য়াংবীথক তাউবা হুইগং থাংহুনা চিংবগুম পুখিবত্নু লাংলেন ফবয়া য়েংহৌরসিগে।

তোম্বু—(কপ্পা কপ্পা) অমত্তা পোকপী নমোমগী খিংলৌ নীংবা অপাম্বা লৈরবসু পলেম পম্মৌ অনিগী অরাববু কোক্কদবা লৈরবদি নমোমগী থিংলৌ নীংবা কোঙ্গায়বু তুংওইনজরগেনে অপোকপী (মমাদা কোনহুম্না কপ্পি)

লাকপী—লাংলেন।　　(মচাবু মুংশিনা কোনবি)

---

# তয়ানিথোইশুবা উংপা

লাইজিংলাকপগী — মাঙ্গাল

( ওকসুলাকপা তোলোমথোম্বা, কৈসুম শণ্ডলেন হঞ্জব-নচিংবা অঙম্বশিংগা লাইজিংলাকপগা মায়োক্কনা লেপ্লি )

ওকসু—লাইজিংলাকপা অঙম্বা ! মপু লোইশঙ অমত্তদা কংলা শিংকাপ তম্মিন্নরকপা অঙম্বনি পায়মা মুংদা খন্দুনা হম্না হম্না চিঙ্গোয়নবনি। লাইজিংলাকপা নঙবু হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কেগে শোরোক য়াংবীথক মোইবাং লৈবাক মীমাঙদা তাউবা হুইগং থাংহনা চিংবগুম চিংবহু অঙম্বা পাম্বরা ?

লাকপা—ওকসুলাকপা অঙম্বা ! কেগে লৈবাকীদমকনি পায়মা মুংদা খন্দুনা য়াংলেন অমুক কুইবসি অঙম্বনা চিঙ্গোয়নবা য়াব্বা পুন্নমক খা চিক্কনা থাওবন্নিনা। য়ায়াম পাউ য়াম্বগী মহুৎতা মপু য়াথং তুংইন্না অঙম্বা নথৌ পাং-থোকউ।

ওকসু—কৈসুম শণ্ডলেন হঞ্জবা ! ( কৈসুম হঞ্জবনা লুচিংলগা খোংমীশিংনা লাইজিংলাকপবু পুমগে তৌবা মতমসিদা তোঙ্গু কপ্পুনা চেনশিল্লকই )।

তোঙ্গু—ইপা ইবুঙো ! নমোম ইস্নুংলাংগীদমক্তা হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কেগে সোরোক য়াংবীথক কয়ম্বা খোঙশান-বিগদৌম্মিবনো অপোকপা। ( মপাবু কোল্লি )

লাকপা—লাংলেম ! কম্বিগী পায়মা হুংঙোলবগে ? অম্বাবনা হুংদা ফুম হুংঙাই চিনবাল লাংশিন্না ইমোম পুক্নিং খোয়দানা লিক্লাই লিকথাং ওইবহু ইপানা কন্নম য়েংগনি।

তোম্বু—পলেম পম্বৌগী শিম্বা ইমবনা মমোম ঐগী ইশরুক্কি নমোম্মা পায়মা খুম্নৌ চেমজদে। কেগে লৈবাক লৈ-চাউনবা নিংথৌগী নীংবা থুংননবঃ মমোমবু থাজ ননীং য়োনজ মখা তম্বিরোনে অপোকপা’। ( ওকস্নুলাকপা ) পম্বৌ ওকস্নুলাকপা অঙম্বা! নিঙোল য়াম্বা থাজবিয়ু, লৈবাক শিম্বা লুরেন কোক্তা থোংজরে।

লাকপা য়াম্বা ওকস্নুলাকপা অঙম্বা! মাংলেন খিন্দনা হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কৈস্নুম শঙলেন্দা পুবিরো। (তোম্বুদা) নপা ঐগী পায়মা উলগোইহুংদা তিম্লাং খোয়দানা হুংশিজরবী ইমোম নহাকপু পামদমা মম্নানম্লাইদা-ম্লাঙ্গোইরুরো ইপানা কন্নম চিঙ্গোরনবা ঙমগনি লাংলেন ?

তোম্বু—ইপা ইবুঙো! পায়মা খুম্নৌ চেমবিম্বগনু। পলেম পম্বৌগী শিম্বা ইমবনা মমোমগী অম্নেম্না শরিনি। নমোম্মা কাউজ মমল ওইহ্নগা পম্বৌবু কৈস্নুম শঙ-লেনদগী হনজরগেনে অপোকপা।

লাকপা—নত্তে মত্তে লাংলেন! ইমোমগী পায়মা মাখল শৈম্নাম্নরে। নপা ঐনা কৈস্নুম শঙলেম হুংদা কুম্নাউ

লাকপা– হংলান চন্দুনা লৈরুগদবদি লোইদাম থাবুম খরদনি। ইমোম নঙনা লৈমা নিংথৌকোন্দা পামদবা হংলান চনহুনা কপসি কপঙমদ, নোকসি নোকঙমদ অরাবনা নুংঙাইবশা কুমশিং থাশিং খঙদনা য়াঙ্গোইবহুবু ইপানা করম য়েংহুনা লৈগনি! নত্তে, কৈস্নুম শঙলেন হঞ্জবা। ঐবু থিন্দনা কৈস্নুম শঙলেন তান্না পুʼবরো।

( চংকে তৌবা তোম্নুনা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা )

তোম্নু – নমোম ইস্নুং লাংগীদমক পম্থৌনা, কৈস্নুম শঙলেন নুংদা লৈথ্রগা কেগে লৈবাক মীমাঙদা তাংজ মায়সে পুহুনা নমোম্না করম লৈহৌরসিগেনে অপোকপা।

লাকপা—নিংথৌনি ঙম্মী লৈবাক্কী মপুনি খন্দুনা অমত্তা পোকচবী ইমোম নঙবু লৈখোক্লগী লৈবাং থংপগুম থংকে য়াদ্রগা মপা ঐবু কৈস্নুম শঙলেন নুংদা থমগনি অস্নুক ফজরবা সনা য়াথংবু কোকথোংন্দুনা কৈস্নুম শঙলেন নুংদা লৈবদি লেমজনিংঙাইনিনে লাংলেন!

( ওকস্নুলাকপা তোলোমখোম্বা ইকায়হুনা য়েংনৈ )

তোম্নু—নিঙোল ইম্নোমদোমগী খনজদেদো নমোম্না। কেগে লৈচাউ খুনজাউনবা লৈমাকোন্দি নিংথৌকোল, মপুকোন্দি লৈকোয়রেল য়ৌজরগেনে অপোকপা। (ওকস্নুলাকপদা) পম্থৌ ওকস্নুলাকপা! নুপী য়ারানি রাচানবিদবরা? পম্থৌ মাগী অন্না পরৈ হম্নবা লৈবাক

তোন্নু—য়াৱা কোক্তথোং লিক্লাই লিকথাং ওইগে মমোম ঐনা চোংথোকচবনিনা।

ওকম্নু—লাংলেন নহাক্না লৈবাক য়াৱা তুংইন্না লিক্লাই লিকথাং ওইবা য়াৱবদি কবিগী পম্মৌ মাবু হাওনা তুংবুল পৱৈনগনি।

লাকপা—নম্তে য়াম্বা অঙম্বা! ইমোমগী য়াৱা ৱাচান্নবিগনু। মপা ঐগী খন্দুনা থিংলো নীংবা তুংওইননা লিক্লাই লিকথাং ওইবা মপা ঐগী পায়মা মুংদা খৈনা পামদে। ৱাংলেন থিন্দনা কৈস্তুম শঙলেন তান্না খোংকাপ নাওবৈ থাংৱসি ( চৎকে তৌবদা তোন্নুনা খাম্বদা তৌফম খঙদবা )

তোন্নু - কম্বিগীদমক্তা পায়মা খুৱৌ চেনবিৱিবগেনে অপোকপা ইথক্তা ইবুং অমা শাৎতে ইখাদা ইপা অমা ফুইদে, পম্মৌগী অৱা কোকথোং পুবিবগদবা কেগে মোইবাং লৈবাক্তা কনা লৈবগেনে অপোকপা। ( মপাগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্পি )

লাকপা—লাংলেন ( হায়না মচাবু মুংশিনা কোনখৎলি )

# তরাহুমদোইগুবা শৈংপা

## পুক্রি মপাল

( তোম্বু মশম মনা ইকা কারহুনা শম্বলদা ভাবগা হিক্লা হিক্লা কপ্পি। খোইন্দু তৌকম খওদনা লেপ্তুনা লৈ )

তোম্বু - নিংথৌ পন্না ৱাংবনে, লৈবাক ৱানা লুবনে, চিংগু লাইপাউনা কনবনে পাম্মু নওবু মুংশি মুংশি শেংনবা তারেদকো। নিঙোল শক্লা পাম্মুগী নাপ্পদা থেংচখিবা শিঙেল নাচোম অহুবু হৌজিক কাওবা লৈরাং লৈচু ওনদ্রিবব্রা? লৈরাং লৈমন চল্লবদি অব্রা তুবৈ চল্লে, অনং ইরৈ লাংলে পাম্মু নওবু কৌজবনি পাওমেন্নখিবহু চিংগু শারম থিবনা কনখিবনা শিঙেল নাচোম য়াওরি কাউরবরনে খোইন্দু।

খোইন্দু - মুংশি কায়না মৈচাক্লা থম্মোয় ৱায়না চাক্লিবা ইবেম্মগী অৱাবসি ননাই খোইন্দু য়েংওমদ্রে।

( অঙাওবীগী মতৌগুম মতোমদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা মৈচাক খাঙলিঙৈদা অথৈ থাবগী তোরবুংদগী তাঙ্গোই মুংশিৎনা পুরক্লুনা মমাঙদা তাবহু খুমগৎলগা তাঙ্গোই য়েংহুনা তেংথানা ঈশৈ শকই )

লমলেন তোরবুং লমজাউদগী

মালং মাঙওইনহুনা

শেম্বি অাঙ্গোই নওনা পাইরকপবু
পাম্মু মপাউ পুরকপরা
মুংশি পাউখোম্নবু লাকপরা
খোঙ্নাইদবী ইতারোই
চিন্নাইদবী খোয়নৌও
নপাউ শেংবিয়ুগবা ইতারোই।
(হায়না হিক্রা হিক্রা কপ্পি)

তোম্বু—নিঙোল হৈনা ইতুংদা পাম্মু মানা খোঙদোইরকবদি নিঙোল শক্লা পুকমেন পাওমেন্নরিয়ুকো চান্নবী। নিঙোলনা পাম্মু মকাদা য়াওরো শজি পোৎতপখিবা মুংশি মেলোন য়াওরৌদু নিঙোল নাক্লা য়েংহন্নবিরকউ পাম্মু চেংলৌ য়েংবগুম য়েংজগে চিঙোয় পাউদম-বিয়ুকো খোইরু।

খোইরু—কেগে লৈমরোল নিংখিবী নহাক্লা পম্মৌ মোংবা মরানয়াইদগী খোংবাপ নাওরৈ থাংথবা হাংলবা নিঙোল কাদা ননাই খোইরু কয়া লৈহৌগনি। ননাইম্বু ইবেম্মগী হৈনা নতুং ইন্নজগে।

তোম্বু—খোয়নৌ শকপী খোইরু। নিঙোলনা লৈমা নিংথৌ কোন্দা খোংকাপ নাওরৈ থাংবদি মুংঙাই য়াইরী মমাং কায়নবা নত্তেদো। তেনরা খৌরী পোম্বীনা উত্তং অক্রাদা মখোঙ পরৈ চন্দুনা পোম্বী য়েৎলোমদা লোইমোম কৌগে খিল ওইবোমদা তম্না চেংগৈ খিন্নবসু

তোম্বু—চেক্লা লক্কা তিন্ননিংবনা পোম্বী ককঙাওনদুনা খোংনা লাউনা কপ্পগুম কপ্তুশিন্না নোকশিন্না ৱাদশিন্না ম্নুংঙাইশা লৈরুগদৌরিবনিনে থোইন্নু।

থোইন্নু—অরা ম্নুংঙাই খুদিংদা ইবেম্মগী নতেঙ পাংজগে।

তোম্বু—হৈনা ইতুং ইনগে খল্লবস্থ লমলেন তোববুং লমজাউদা য়াওবৌ শাবম থিখিবা পাম্মু মানা হন্নকপা ফাওবদদি নিঙোল ইবানযাইদা লৈংখোকো। নত ঐ লৈত্রবদি মাঞ্জ মাগী মফমদা কেগে মোইরাং কনানা নিঙোল ইপাউবু তম্বিগনি। (লাইজিংলাকপী চঙলকই)

লাকপী—ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা! হৌজিক ফাওবা চেংহি শম্বাল লাং উতি শমখোং তেংত্রিবরা? নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংনা পম্থৌ শুমাং মথৌবোম দোলাই লেংজাউ থাদুনা ইমোম নঙবু ঙাইদুনা লৈহৌবে। ৱাংলেন মতম ৱায়রে তোয়না তকশিল্লক্লেনে লাংলেন!

থোইনু—লোইজবগে অপোকপী ( লাইজিংলাকপী চংখি )

তোনু—( তোরবুংলোমদা ওল্লগা ) ৱাংলেন পুংজা ফানা পাম্মু নঙবু ঙাইবা ঙম্মোইদৌরেনে ননাওনা। তৎতনা হুমলিবা মালংবা! নিঙোলগী অরাবা ইপাউবু লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙ শারম থিখিবা পাম্মু মাগী মকাদা তম্বিরুকো। (থোইনুদা) অরা নুংঙাই খুদিংদা ইতেঙ পাংলক্লবী খোয়নৌ শকপী চান্নবী! নিঙোলনা

তোম্বু—কোরৌ চুপ্পা শেমজবা শিঙেল লৈরাং নাচোম থমজরমগে, নিঙোল শক্লা পাম্মু মকাদা-পীবিয়ুকো ইতারোই। ( হায়না তোম্বু থোইম্বু কপমিনবৈ )

---

# তরামরিশুবা উংপা

## তোরবুং লমজাউগী উমং মতম—মুংথিল

( কদেং মশা চোকথনা লাক্লগা হুমাং তৈথোক্লনা ফমথৈ )

কদেং—চিংঙু মানা কুবিক্লনা শানৌ ইনেম্মচাগী পোংতপ য়াওরৌ শজি ফারে, চিংঙু শারম চামাম্মু শুরে।

খোংমী ( চঙলক্লনা ) অঙম্বা ! য়াওরৌ শজিক্লু ময়াদা নাপি মকা অমত্তা চিকউ য়াদক্লনা তোঙান্না থমজরে।

কদেং—অক্লদি তয়ুম ! নখোয় পুম্নমক কোরৌ চুপ্পা অব্রা হুইজোং লাংলুবগী ঙাহাক মালং ইচিক থেমজক্লরো। ঙসি কোরৌ নোংদি মালেম মমশিল্লক্লবনিনা লমদম অসিদা লমদল্লসি। হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদা চিংঙু শারম পুক্লনা ইনিংথৌদা কংলুসি। চংলো তরা থৌম্নাংলুরো। ঐম্মু ঙাহাক থঙোন হকচিক লাংখিগে। ( খোংমী চংখি )

মালং মুংশিং মাঙওইননা মুংশিরবা লৈরাংগী লৈমন লাকলিবা অসিবু লমলেন কৈরুদগী ওইখ্রিগবা।

কদেং—শিঙেল লৈনম ফংবদা শানৌ ইনেম্মচাগী . লৈরাং মাচোম নীংশিংলকই (নাচোম লোথোক্লুনা য়েংবদা লৈমল চল্লখ্রু উবদা ঙক্লুমা) লৈরাং লৈমল চল্লবা !

( নাচোমদা মুন্না য়েংবদা মমিংতা তোম্বু লাইজিং লেম্বী উরকই. মনাকোংদা পাওমেন্নরকপা মরাহেশিংহু তাই )

তোম্বু—( মপান্দগী কদেংগী রাখল ওইবা ) ঙসি কোরে নোংদা নুংশি নঙগী নাপ্পদা খোয়নৌ ইতা শরুবী শিঙেল লৈরাং নাচোমবু থেংচগেকো ননাওনা। নুজা ওইবী মপোক্লা পাম্মু খোঙলোয় য়াদ্রবস্থু শিঙেল মাচোম অসিনা মুজা ইহুং শিল. পাম্মু নতুং ইন--জগেকো। মাঙ্গ নহাক্লা শিঙেল নাচোম উরগা ননাও য়াওব্রি থনবিয়ু। শিঙেল লৈচু ওন্দবা লৈরাং লৈমন চন্দবা চিংঙু থাংজীংনা কুবিসন্নু। করিগুম্বা শিঙেল লৈচু ওল্লবা লৈরাং লৈমম চল্লবদি অরা তুরৈ চল্লে, অনং ইরৈ লাংলে পাম্মু মঙব্র কৌজবনি কাউবিগন্নুকো পাম্মুবা

কদেং—( নুংশা মপী হোন্দুনা নুংশাথীনা ) পাখং হৈনা ইতুংদা নুজা মাবু অরা তুরৈ চল, অনং ইরৈ লাংলব্রা ? চিংঙু থাংজীং কৌয়রেল্লাই খোয়ুম নঙনা কুবিহুনা নুজা মহাক্লা চংবী লাম্তোন থক্লা য়াতাব্রিংঙৈ নিঙোলগী পোংঙপ য়াওরৌ শজি অসিতদি — — — (হায়না মথুং লোন্নহনা থুরুক্নগা ফিংনা হোৌগংলি )

—: ইণ্টরভেল :—

# অনিশুবা মতাং

## অহানবা থৌংশা

### নিংথৌগী অচিকপা কা

( তোম্বু মথরায় মুংঙাইতনা রাখল তৌদুনা ফমই। থোইবুনা মমাক্তা চঙলক্লগা খুরুম্মী! তোম্বু হৌগংলগা থোইবুগী মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ফমহল্লি )

তোম্বু—অচানবী! লৈমকোন্দা চাক্তাবা নিংথৌ কোন্দা কায়দোংবা নিঙোলগী থৱায় চেক্লা মানা লমদম তাম্না পায়খিবনা চেক্লাচাঙম চিনদিম্নমদনা পোম্বী হৈনা মতুংদা লৈমকোন্দা য়ৌরক্লেদো। নিঙোল হৈনা ইতুংদা নিঙোল নাম্বা ইয়োংশঙ চেক্লা মাবু পাইরকপরা?

থোইবু—ঐবু লোইবী ইবেম্মা, লিক্লাই লিকথাং অথোইবী! ননাইনা করম্না য়ারা পাউদম্নসিগে?

তোম্বু—( নাক য়েংতা য়েংলগা ) অচানবী! চেক্লা মপাউ তানিংবনা নাপ্পা কোইঙাওলরক্লে. চিংনা পরৈনদনা তম্মুগবা?

থোইবু—তাইবং তুমখুল তানগ্রবা অহীং ইচিক হল্লকপা কোয়ৌ থকী থাজম্মু লোইবী চীংশী মাপোম্না থাব ফিরুক খুম্নরবদা পম্মৌ মোম্বা মরামম্নাই নিঙোল নাম্বা ইয়োংশঙ, পলেম তাখিনি মতাগুম পম্মৌ থঙখিনি

থোইন্ন—মঙংগুম মীরবা খোঞ্জেলনা য়াকায়রকই। ননাই থোইনুনা থোংজি নাতৈ কাংলগা চেক্লাগুন চিন্দিন্না নিঙোল নপাউ তম্বদা চেক্লা মতুদি ইপোন পোল পোম্বী মঙক্তি ইচোই চোই মিংলু তরুং ঈয়াহৌ নিঙোল কোলোয় মিংলেম্নগা চেক্ল শাখপ তমখিদো

তোম্বু—ওকলে তোকলো অচানবী! য়ারা নপাউ তারগা পায়মা নুংদা অৱা খাম্বী মৈরায়রকলে।

(তোম্বুনা শোর শাংনা হোল্লম্লগা জ্ঞান মাঙহন্না তুথরকপদা থোইন্নুনা চঙশিল্লগা ঙাকই। মতমসিদা মনাইন্নুবী অমা চঙলক্লুনা খুরুম্মী)

মনাইনুবী—লিক্লাই য়াথং তুংইন্না মপু য়েংকী পাম্বোম ওইব্রিবা মদাইরেম কদেং থাংজহনবনা লমলেন তোরবুং লম-জাউদগী ফারকপা য়াওরৌ শজি অমতং খোংঙা ওইনা কৎচগে অঙম্বা খোংকাপ তম্নকলি। (কদেংগী মমিং পনবদা কোকচাউবী কাই, মমিৎ তথক তথকই ঙাহাক রাখল তৌরগা)

তোম্বু—লিক্লাই পাম্বোম ওইব্রিবা অঙম্বনা খোঙদোইবিরকপদি য়ামজেম ইরাইবক ফবনি চিঙোয়নজরকই য়োইদম পাউদমবিয়ু। (মনাইনুবী খুরুম্নগা থোকখি। কদেংনা শজি পুহনা চঙলকই, মখোয় অনি উম্নবমক্তদা নংঙাইনদবা মিংয়েংনা ঙাহাক য়েংনরমলগা লুকথনৈ, তোম্বু মমিংতা পিগী ঈয়া চেল্লি)

কদেং - কেগে লৈমরোল লুচিংবী লিক্লাই লিকথাং অথোইবী ঙসি কোয়ৌ নোংদা কদেং থাংজহনবা, ঐনা লমলেন তোয়বুং লমজাউদগী চিংঙ, শারম থিবদা শাফা রাঙম তম্নকপা য়াওয়ৌ শজি অসি খোংঙা ওইনা কংচরি।
(কদেংনা শজি পুল্লিবা থৌরি লিতোল লানশিনবদা থোইনুনা থৌরি পায়রগা চিংশিনলি, কদেং মথরায় শোক্লা য়েংলম্লগা চংকে তৌবদা)

তোম্বু - চিংঙ নোংদমথোলনা কনথিবনা রাংলেন থজিক শোয়নখিবনা অঙম্বা নফমদা মতিক চাবা য়াওয়ৌ শজিগী কাউজ মমল পীবা ঙম্মোইদৌরে। ঙসি কোয়ৌ নোংদা ঐগী লৈজরিবা ইরলদি মিংলু তম্নং লাইজ অসিদা মঙাইজরে।

কদেং -(হুন্না য়েংলগা) চিঙ্গোয়নবিরিবা য়ারা অহুনা কেগে লৈমরোল লুচিংবীগী মতিক চাবা য়ারানি।
(কদেং মথরায় মুংঙাইতনা চৎখি। তোম্বুনা মানা চৎখিবা ময়াইকৈদা য়েংলুরগা জ্ঞান মাংহুনা তুথরকই, খোইনুনা ঙাকই)

# অনিশুবা উৎপা

**লমচাং**

(কদেং কদাং রারী শাহুনা লাকই)

কদাং—পাথৌ ইবুঙো! কেগে কংলা থৌগাঁরক্তবা লোইদাম থাবুন অহুম ফাজিল্লকলে। লমলেন কৈদা খোঙশাল্লুবগে পাথৌ! (কদেং খুমদনা মরু লুক্কুনা লৈ)

কদেং—পাথৌ ইবুঙো! লমলেন কৈদসু খোঙশানদে। ইয়ুম মোংবা ইরানয়াইদা লেঙদনা লৈ।

কদাং—কোকপান খোংবু চিক লুপান খোংবু নাহুনা তৌরাং ফক্তা য়াতাবরা?

কদেং—পায়মা খাম্বী মৈশা লাংবনা তরা চাবা খোয়জংদা খোমলেন য়াতাবসু য়াদনা রানা পুন্সি লেল্লেদা পাথৌ! পায়মা মুংগী অরাবসি খঙবিনবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা াকনা উরক্রেনে পাথৌ।

কদাং—পাথৌ ইবুঙো! তাবু মুংগী চরৈগুম পায়মা রাখল থুপচান্নবিগনু। পাথৌ নতেঙ পাংনবা কদাং হিংলি পায়মা মুংদা করিগী চিংনবগে?

কদেং—পাথৌ নফমদা করিগী পায়মা য়ারা থুপচান্নগদগে। পাথৌ নহাক্তা ঐগী শয়েং পাম্বোম ওইরিবৈ কেগে মোইরাং কনানা কদেংবু লাকচা খুহুম চল্লগনি।

কদাং—পাথৌ ইবুঙো তাবিয়ু। ঙসি কোদ্রৌ নোংলেনদা পাথৌন পায়মা য়ারা ফিগৈ শেংবিদ্রবদি শরিসো

কদাং—চিংঙু মানা খঙসম্নু কদাং ইরানয়াইদা হনথরোই তরা চাকস্থু চাথরোই।

কদেং—পাথৌ ইবুঙো! কনা মস্থুংলাংগীদমক্তা কদেংনা অরা তুরৈ চনগদগে? মিংনা য়েংলে মিং নাম্বুংবা খুংনা থিল্লে খুং নামুংবা শুগন্নু তুম্বী য়াংকোন শেলৌ লোই য়ৌবা য়াম্বা ওইবনা পাথৌ নফমদা চিঙ্গোয়নবা ঙমদবনি।

কদাং—ফাইরেন থাগী থানিনদা য়াওরৌ লাং থাক্লুনা। চেক্লা মাবু ফাজরগা মুংশি কত্রং লংলানা চেক্লা মখোঙ পরৈচল পাম্মু পোন্দা য়োকচরম্বা পোম্বীবু কেগে লৈবাক লৈচাউনবনি পাথৌ হৈনা নতুংদা মুংশি কত্রং থদংতুনা চেক্লা ফাহুনা মপু কোন্দা য়োকখিবী লৈমকোন্দা চাক্তাখিবী নশানৌ মস্থুং লাংগী নত্তবরনে পাথৌ।

কদেং—চিঙ্গোয়নক্লরগা কদেং কোলোয় হেনগদবা লৈতেদো। মুংশি মাগী মশুংলাং ইকায় চৈরেনখিবনা ইয়ুম কেগে মোইরাংদা কদেং য়াইবী হিংহুনা লৈবা ঙম্মোইদৌরে পায়মা মুংদা খনজরে পাথৌ।

কদাং—চুম্মি পাথৌ ইবুঙো পায়মা খোয়দাফম থোক্তে চিংঙু মোংদমখোসনা কনখিবনা থোকথ্রবনি থোকথ্রসম্নু। কদাং ইতিক্তি ওইদে ইপানি চাদে। কৱিগুম্বা চিংঙু মানা কুবিহুনা নশানৌ ননেম্মচা তোম্নু লাইজিং লেম্বীবু

কদাং- পাখৌ নরানয়াইদা পুরকপা খোক পাখৌনা শিঙেল লৈমনদি লৈরাং চিন্নখাকনি পায়মা মুংদা চিংনগদবা লৈরবদি কদাং ঐগী শামা পাঙ্গল থোক্কে। পায়মা মুংগী য়ান্না অমত্তদি খঙজনিংঙি পাখৌ।

কদেং—পাখৌ হবুঙো ! লৈরাং চিন্নখাকনি পায়মা মুংদা চিংনগদবা নত্তে। কদেং ইরমগীদমক লিক্লাই খুয়া খাদা লংলা লংজিল চিংথোকপা পামজদেনে. পাখৌ। হন্দকী মপোক অসিমদি চাদ তাউজিং হৈরাংগুম মাঙজগ্রসন্নু।

কদা,—পাখৌ নঙনা মাঙবদি কেগে মোইরাং লৈবাকী পাঙ্গল ময়েং তাবনি। নশানৌ ননেম্মচাগী মুংশি পরৈ থুপ-চান্নখিবা লিক্লাই খুয়াদা হঙ্গংলগা মুংশি পরৈ হনজরুগে মপু পায়মা উনগোইন্নুং কৈখা থাবা মনাইনি খন্দুনা মুংশিবিরম্নবদি য়ামজেম ইন্নাইবক ফবনি। কন্নিগুম্বা খওইবিম্নবদি কেগে লৈবাক্কা নামা লেপসন্নু কদাং ইরোনদোম ঙম্মে কেগে লৈবাক লু-নাউ ওনগে, ঙমদবা থোক্লে পাখৌ মস্নুং লাংগীনি য়াইবী থবায় পাম্মু্গ্রয়োই। হয়েং কোরৌ মোংলেন্দা মপু সনা মাঙদা য়েংলা লৈবা পরৈ য়েংনা হল ওইনা লৈবা পরৈ ওইনা হল অকংবা শরোই. খিংনা মপু য়াথং ন্নিরক্কে।

কদেং—পাখৌ ! ( হায়না মখোয় অনি মুংশিননা কোমৈ )

# অহুমশুবা উৎপা

## নিংথৌগী অচিকপা কা

( কদেং থাংজহনবনা কংলগা নাকল অমদা কদেং অতোপ্পা নাকন্দনা তোন্থ য়েকপা থাওশাং অহু থাওথুম হাং-দোক্লগা নিংথৌগা কদাং ভারুংহনবগা য়েংমিন্নহুনা লৈরম্মী। ভাহাক য়েংলগা থাওহু কদাংদা পী। কদাংনা থ ওথুমদা হ্‌নজিল্লগা ভাহুনা থমই। নিংথৌ কম-কমদা ফমহুনা মরু লুক্কু্না রাখল তৌই। ভারুংহনবা নিংথৌ খুরুম্নগা খুরু খুদক কুন্দুনা লৈ )

নিংথৌ – ইদাইরেম ভারুংহনবা! ( রা মথা তাদনা কদাংদা মুন্না য়েংই )

কদাং – ইনিংথৌ।

নিংথৌ—নিংথৌ ঐগী ইকমদা ইদাইরেম কদেং থাংজহনবনা কংলগা রাকং থাওলেন অসি য়েংলগা নতাও কদেংগী পাম্নমা নুংগী য়াবাহু থওলবদি ফিগৈ শেংঙ্‌ অচানবা।

কদাং – ঐবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ! য়োল্লবদা কনবিয়ু, লাল্লবা ভাকপিয়ু পাথৌ কদেং থংজহনবনা লিক্লাই খুন্নাদা চাম্মারক য়োল্লবমু কেগে লৈবাকী অরা অনা শরুক য়াজরল্লবা ইনিংথৌগীদমক্তা য়াইবা মথম্নায় কংপ্রবা নদাইরেমনি থনবিহুনা লাল্লবা

কদাং—কাবা ঙাকপিগনিদো ইনিংথৌ। মতমাগনা তোন্নু থোঙজিন মরুমদা লোন্না তাই ;

নিংথৌ—লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা কেগে লৈবাক লৈচাউনবা চিংঙু শারম চামা কৎচগে, ঙমদ্রেগা য়াওবৌ শাহুৎ শিন্দুনা কদেং য়াইবী থাজগে চিংঙু থাংজীং পন্দুনা কেগে কংলা পুংময়োল লৈবাক মীয়াম মমাঙদা শরি পন্দোল লোয়নগা লমলেন তোয়বুং লমজাউদগী য়াওরৌ শারম চামা শাক্ষা রাঙম তম্বা শারুংহনবা মাগী মথৌনাবু করম্না কাউগনি অঙম্বা।

কদাং—ইনিংথৌনা চানবিবা মুংশিবিবননি।

নিংথৌ—ইদাইরেম্না চিংঙু শারম কংলয়গা কংলা উত্রা শঙ-লাংমৈদা শাহোং ঙাহোংবা য়াওদনা কেগে কংলা থৌগারক্তবা লোইদাম থাবুম অহুম ফাজিল্লক্লে।

কদাং—লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! চিংঙু শারম কংলয়গা পাথৌ কদেং থাংজহনবদি অনা লাইওং খঙদনা তৌরাং ফক্তা ওল হেদো নাহে চনখিবা লৈবাকী অমাই-অমাইবীনা ইরাং চাবান থাহুনা চিংঙু খয়োম লাক্কনা লায়েংবদা লাইখাই তাক্লে, লায়েংবা ঙমজে ইনিংথৌ।

নিংথৌ—অনা লাইওং খঙদনা পান্দা লায়েংবনদি মুংগী অনাবা কবা ঙম্লোই ইদাইরেম!

কদাং—ইনিংথৌনা তাকপিক্সিবহু অচুম্বা য়ারানি। নদাইরেম কদেং থাংজহনবদি লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা চিংঙু

কদাং — থাংজীং লাইবু চেৎনা থাগোল্লগা কোবৌ নোঙ্গানথগে উনবি পুক্কিং লেপখিবনা চাদ থক্কনা খৌগংনহুনা য়াইবী হামবোইনগদবা মিরেল হামচৎনগদবা ৱাংলেন মতম ঙাইহুনা লৈববনি ইনিংথৌ।

নিংথৌ — নতাও কদেংগা উনবি পুক্কিং.লিতিম্লনা চান্নবা নহাকনি। চিংঙু থাংজীং লাইবু য়েংলগা য়াৱা নপাউ শেংঙু কদেং মানা কৎলম্বা থাঙলেন অসি অথৌবা মহুৎ শিন্দুনা থাঙলেন মরোল লোল্লি। পায়মা নুংদা চিংনদনা ৱাকং থাঙলেনগী য়াৱা শেংদোকউ। নিংথৌ ঐগী ইকমদগী ইদাইবেম মানা পাম্বা কবিনো?

কদাং — ইনিংথৌ! ( হায়না মকোক নোল্লগা থুম্বা ঙমদনা মরু লুক্কুনা লৈথবদা থোঙজিন্দা লুমহুনা তাম্বিবী তোম্বু থোৱক্লগা মপু খুযা থাদা খুরুম্লগা হিক্লা হিক্লা কপলকই )

নিংথৌ — কেগে লৈমৱোল লুচিংবী! পায়মা য়াৱা করি লৈবগে? চিংনা পবৈ লৈক্তনা নিংথৌ ঐগী ইকমদা চিনবান য়াকা তমজৌ।

তোম্বু — লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! কেগে কনানা মোইৱাং কনানা লৈবাক য়াম্নাবু লুনা থল, মদোম য়াৱাবু লাইনা থম, কেগে লৈবাক লৈচাউনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহোংনবা লৈবাক নিংথৌ য়াইকনবা চিংঙু লাইপাক্ট কোক্তাথোং, মপু য়াথং নমদাপে।, য়াঙবৌ শারম থিহুনা

তোনু—চিংঙু থাংজীংদা কংখিবা নদাইরেমনি খনবিহুনা য়োল্লবদা কনবিয়ু লাল্লবদা ভাকপিয়ু ইনিংথৌ। লাই-বকচাউবী ঐহাক্না অরা মৈচাক হুংদাফুম কায়না মৈশা লাংহুনা কপসি কপঙমদা কপ্তুশিন্না নোকশিন্না রাদশিন্না মুংঙাইশা লিক্লাই লিকথাং ওই, লৈমাশিংদা চন্দুনা শন্নাং খুন্নৌ য়েং অরা তুৱে চল্লিবসে অথৌবা মস্কুং লাংগীনি ইনিংথৌ। ( হায়না কপ্তুনা হঙৎলকপা রাহু তাবদা নিংথৌ ভক্তুনা তুমিন্না রাখল তৌহুনা লৈ।

নিংথৌ—কেগে লৈমরোল লুচিংবী, লাইবকচাউবী নহাকপু লৈমশিংদগী লৈচাশেং ইদাইরেম কদেং থাংজহনবগী মগাইদা থারবনি। নুজা নম্বুং লাংগীদমক্তা তৌরাং কক্তা ওল লুতুং খোইবাকশা হেদো নাহে চন্দুনা চাদ থক্ত মক্তনা অরা শোর পাবোং লোন শিবা মচেৎ খাঙমা লৈরিবা নশাবি কদেং থাংজহনববু অমা খরাই লাইকন্নহুনা য়াইবী মথরায় কল্লুচো। ভসি কোন্নৌ নোংদা লাইজিং লেম্বী নহাকপু ইমোম শক্লা অওং অউন তমনা ইদাইরেম কদেং থাংজহনবদা থাজরবনি। মুরা পায়মা মুংদা চিংনা ঈথক ঈপোম লাংলগম্বু; নিংথৌ ঐগী য়াথংনি।

তোন্নু—ননাই লাইজিং লেম্বীদি ৱৈমাশিংদা চল্লুবা তাউজিং হৈক্ল পনখিবা হৈন্নাং মমি তমখিবা লোইদাব থাবুম অহুম ফারকলে। মপুগী সনা লিক্লাংপরেংদগী চোইখিবা

তোম্বু—সনা লিকলু অসিবু করম্না য়াংদৌ লমখাংদা মাণ্ডহল্লসিগে। লাইবকচাউব্বী ঐনা পায়মা রাখল থেন্দুনা চিঙ্গোয়নরোইদবা য়ারানা মাওওইনা চিঙ্গোয়নগদবা য়ারানা তুংওইনা মপু খুয়াদা লংজবা ইরান খিবিকপু নচা ননাইনি খনবিহুনা অয়োল অয়ান ঙাকপিয়ু।

নিংথৌ—লৈমরোল লাইবকচাউবী! পায়মা সুংদা করিগী চিংনরিবনো? সনা ঈনা ঈহুলতম মোমনু ঈনা ঈপাল লাং, লিক্লাং লক্তুগী চোইখিবা সনা লিকলু অহেনবা খাংহু থক্তা মাঙকরোই। হুয়া নঙগী নরলনি খন্না চরৈ ফিনা ফিয়োমশা মাঙদনবা ঙাক শেনগদবনি। কেগে নৈবাক খঙনা কদেংগী রাকং থাঙলেন্না কেগে কংলা য়ুম্বীদা কাউদ উরাই হকপগুম থাঙকম অহুম হকনি।

কদাং (হরাওনা) মপু সনা য়াথংদি কোরৌ নোংদা কাকদে, মালেম লৈদস্থু তাকদে, চরৈ ফিগাউ শামা. য়াজরা লাইজিংলেম্বী।

(কদাং তোম্বু অনিনা নিংথৌ খুরুম্বু নিংথৌনা হরাওনা মথুং থাঙ্গংলি।

লোইরবা

